ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ ꯃꯤꯇꯩ ꯂꯣꯟꯆꯠ ꯄꯥꯊꯥꯞ

# মনিপুরী মীতৈ লোন্চত্ পথাপ্

# Manipuri Grammar





অইব-

দা৹ অকোইজাম্ব নারেন্

ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ ꯃꯩꯇꯩ ꯂꯣꯟꯆꯠ ꯄꯊꯥꯞ

# মণিপুরী মীতৈ লোন্‌চত্ পথাপ্

# Manipuri Grammar

অইব -

দা॰ অকোইজাম্‌ব নারেন্

Published by .
ꯕꯤꯅꯤꯇꯥ ꯄ꯭ꯔꯤꯟꯇ ꯍꯧꯁ
**Binita Print House**
Governor Road, Paona Bazar, Imphal



First Edition - 2007

Copy - 1000



**Price Rs. 55/-**

# থাগৎ ৱাহৈ

**''মনীপুরী মীতৈ লোন্চৎ পথাপ''** হাইন মীঙৎথোন্ব দা অকোইজাম্ব নাবেন্ন ইব লাইবিক্ অসি মমুৎ তান পাজবে। লাইবীক্ অসীন হৌজীক্কী মতম্দ মীতৈ মযেক্। মীতৈ লোন্গী চত্না পথাপ্ সীজীন্নবদ চংব মচাক্ পুম্ব অইবন তুঙ্গী মীবোল্ কযা কযাদ চুম্ন মালেম্দ খঙ্হন্ব ঙমগনি হায়ন ঐখোইন থাজে। মীলাল্গী কাঙ্বুদী বংগলা মযেক্ন ইবদ পুক্নীঙ্ থৌগৎতে, অদুবু লাইবীক্ অসীমক্তা বংগলা মযেক্ন ইজববসু মযেক্কী চত্ন কাঙ্লোন্ অদুদী মীতৈ মযেক্ত ওইবম্ব, অমদী মসীন মবম্ ওইদুন বংগলা মযেক্ন বনান্ ৱাচুম্ কবম্ন ইগনী হাইব অদু তাক্পগী লম্বী অম ফাৎপগুম্ তৌব অসীদ হবাউ-নুঙাই পোক্তুন মখাতান পাথবদ ভাবত্ সম্বীধান্গী নীপান্ সুব সেদুল্দ যাউবব 'মনীপুবী'/মীতৈলোন্ অসী মনীপুব তাইবং মহৈকোন্দ মনীপুবী দীপাব্মেন্ হাঙ্দুন এম. এ., এম. ফীল, পী. ঐচ. দী. ফংনবব লোন্ অসীগী মসাগী মযেক্ লৈজদবগুম্, বংগলা মযেক্ ওইন চত্নব লোইনন মসাগী ওইব মীগী মমীঙ্ মথা ৱাইদব গ্রামাব অম লৈতবগুম্ তৌব অসী কোক্হন্ন মওঙ্দ মীগী মমীঙ্-মথা চত্নবী ৱাইদব তসেঙ্ তসেঙ্ব 'মনীপুবী মীতৈ লোন্চত পথাপ্' অম ওইবম্ব অসীদ অপেন্ব পোক্ই। অইবন পুথোক্লীব অসী গুম্ন মনীপুবী মীতৈলোন্গী ওইব মীগী মমীঙ্-মথা অমদী মীগী চত্নবী ৱাইদব ইবোন্ অসীগী লোন্গী চত্নলোন্ পথাপ্ অম মীতৈ মযেক্ন ইদুন লৈবগী যাম্ন তঙাইফদব লৈ। মসী অইবন খবমখৈ মেন্খত্পীবে। অতৈ খব মমাঙ্দ উজখীবসু লৈখী অদুবু মপুঙ্ ইফা ফাদবগুম্ তৌদুনা চত্নখীদে অদুবু হন্দক্কী অসীদী মীগী অৱাঙ্ব থাক্ত ফোঙ্নবীব গ্রামাব্সীঙ্গ চাঙ্দম্নবদ নোপ্তব লোইনন লোন্মীৎ লীঙ্গোইস্তীক্ন মতাঙ্ মতাঙ্দা তুকা হৎ হৎতুন তাকপ মেন্ব অসী উজবদ অহোইনন পেন্জব পোক্ই।

লাইবীক্ অসী হৌজিক্ হৌজিক্ চত্নবীব মযেক্ন বংগলা অদগ বনান্ বাচুম্ন সংস্কৃত্ পানীনী ব্যাকবন্গী মতুঙ্ ইল্লীব অসী চাঙ্দম্নদ্ন উত্লীব অসীন অককনব পান্দম্ লৈতব মান্ব, বনান্গী মনীঙ্ তম্ব, ঙাউনবীব অসী কোক্লগনী হাইন থাজব পোক্ই লোইননা বাকোক্লোন্ থীলেল্ (মযেক্কী মবম্দ) যাৱা কোলোই থীলেল্ (যাৱাগী মবম্দ) অমদী বাহৈ কোলোই থীলেল্ (বাহৈ পবেঙ্গী মবমদ), কুপ্থন নৈনদুন উত্লীব পুম্নমক্ অসী মীতৈলোন্/মনীপুবীগী ওইব মসাগী তসেঙ্ তসেঙ্ব লোন্দা-পুদাদ ফোঙ্দোক্তুন উত্লীব অসী উবদ অমদি হৌজিক্কী মতমদা অসিগুম্ব লাইবিক্ অমা পুথোক্পীব অসিগীদমক্ অইববু হন্ন হন্ন থাগৎতব ঙম্দে। লাইবিক অসী ক্লাস্ নাইন্ তেন্গী তেক্সবুক্ ওইবদ চানগনী অদুন মনীপুব বোদকী মীত্যেঙ্ চংহন্জনীঙ্ই।

মখা তাবদ হাইজবীবদী লাইবীক অসী অথুব মতম্দ মীতৈ মযেক্ত ওন্থোক্তুন ফোঙ্বীববদী পুঙ্পেন্ পেন্ব হাইবদু ওইজগনী লোযননা ফোংবা ঙম্বসু তাইবঙ্ শেম্বা মপুনা পীনবীব ওইবসনু।

(সাদোক্পম তোম্ব মঙাঙ্)
ভাইস্-প্রসীদেন্, মীলাল্

# অইবগী ৱারোল্

লাইরীক্ অসী মীতৈ ময়েক্ন ইজনীঙ্ৱনী অদুবু হৌজীক্মক্কী ওইন্দী মীতৈ ময়েক্ অসী মপুঙ্ ফান চত্নদবীব, অখংব মসীঙ্ য়াম্দরীব মরম্ন পাক্ সন্ন খংহন্জনীঙ্ৱবগী মীঙ্দ বংগলা ময়েক্ন পাম্দ পাম্দ ইজবনী।

মতাঙ্ অসীদ মরুওইন থম্জনীঙ্ৱ ৱাফম্ অমন বংগলা ময়েক্ন ইজববসু ৱাচুম্ হাইবদী বনান্গী মতাঙ্দদী মনীপুব্ সরকাব্ন সক্খংলব অযাব হন্ন হন্ন অনীবক্ পীবব মীতৈ ময়েক্ ২৭ অসিদ যুম্ফম্ ওইদুন ইজবনী। মবম্ অসীন ময়েক্ কুনতবেত্ অসীগ চানদব বংগলাগী ময়েক্ মযাম্ লৈবীবসীঙ্ অদু য়াউহন্দন ৱাচুম্ ইব মবম্ন মতম্ কুইন হৌজিক্ ফাউবদ বংগলা ময়েক্ত হৈনেদুন লক্প ওইবন লাইবীক্ অসীগী ৱাচুম্ অসী মওং অমগুম্ ইবান্ লান্বগুম্ উবীবসু য়াই খন্জে অদুবু মসী মীতৈ ময়েক্ অমদী মীতৈলোন্গী খোন্থোক্লোন্গ চানব মওং অদুদ যুম্ফম্ ওইবননী খন্বীদুন ঙাক্পীগনী। অমবোম্দ অমুক্ মীতৈ ময়েক্তী কুন্তবেত্ অসী নত্তব মযাম্ অমসু লৈবী হাইবীবকপসু যাউবকপ য়াই মদু থীজীল্লীবগী মনুঙ্দ লৈব লোইনন্ সবকাবন মসক্ খংদবীব ওইবন হৌজিক্ ফাউবগী ওইবদী লৌখত্চদবী। মতাঙ্ অসী খবসু সাঙ্ব ৱাফম্ ওইবন তেন্সীন্জবে ৱাবৌবীবোই খন্জে।

অনীসুব ৱাফম্ অমন মনীপুবী মীতৈলোন্ অসী এম্:, এ:, এম্:, ফীল্, পী:, ঐচ:, দী:, ফংনবব কযা কযা যাউরব ফাউব অসীদ মসাগী ময়েক্ (মীতৈ ময়েক্) লৈন লৈন মসাগী ময়েক্ লৈজদবগুম্ বংগলা ময়েক্ ৱাইদুনা সীজীন্নবীব কনাগুম্বদী মসী ঐখোইগী ইয়েক্নী হাইনব ফাউব যাউদুনা মীতৈ ময়েক্ চত্নববু যেক্নব ওইন খন্ব অসীত নত্তন এম:, ইউগী মনীপুবী দীপাব্মেন্ত মীতৈ ময়েক্ চত্নদবীব অসী লাইবক্ থীবনী হাইন লৌজে। মযাম্গী ওইন মসাগী ময়েক্ তোঙান্ন লৈজব লোন্ অসী মালেম্গী অৱাঙ্ব থাক্ত ইকাই খুম্নৈ মসাগী ময়েক্ লৈজদব লোন্ অদুদী মপুঙ্ ওইব লোন্ অচৌব অমগী লোন্থৈনী হাইনব লৈ। মনীপুবী মীতৈলোন্বু ভাবত্ সম্বীধান্গী ৮ সুব তাঙ্কক্ত যাউব ফংখীব অসী মসাগী ময়েক্ তোঙান্ন লৈজবম্ব লোন্ ওইব অসীনা অচৌব থৌদাঙ লৈখীদে হাইব যাবোই। ঐখোইগী মীত্ত ভৌদোঙ্ পক্লবসু মীগী মমীত্তী তরু তক পাঙ্লী সীত্ নান্ন খংই। মবম্ অসীন লাইবীক্ অসী মীযাম্ন পাবদ খুদোঙ্ চাননব বংগলা ময়েক্ন ইজববসু মীতৈলোন্ অমসু মীতৈ ময়েক্ত যাউব ময়েক্সীঙ্ মদুতবু লৌখত্চবনী ঙাক্পীগনী।

অহুম্সুব থম্জবীব ৱাফম্ন মনীপুবী লোন্চত্ পথাপ্ হাইবদী মনীপুবী গ্ৱামাব্ (Manipuri Grammar) নী হাইদুনা পুথোক্নদুন ইস্কুল্ কলেজ সীঙ্দ তম্নবীব লাইবীক্সীঙ্দ মীগী মমীঙ্ মথা কযা কযা ৱাই ৱাইদুনা ইনব ঙাক্ত ওইন তৌই। ঐখোইগী লোন্দদী মখোই সীঙ্দুগ চানব যাবা ইবৈ লৈতববা হাইব ৱাহং তোইন তোইন লাক্ই অদুবু বীযাকবন্ গ্ৱামাব (ব্যাকবন্ Grammar) ইবসীঙ্ন ইতা তাবীদবগুম্ মীগী মমীঙ্ মথা চত্নবী ৱাইবসী ইতোক্ তোক্নদব মতৌ অসী উজবদগী হৈত হৈত মীগী মমীঙ্ মথা চত্নবী ৱাইদব ইবোন্গী ওইব লোনচত্ পথাপ্ অসী লান্থোক্চবনী।

অহান্ব খুত্মাব ওইবন হাইগদব ৱা হাইহৌদ হাইবোইদব ৱা হাইখীব অসোই-অঙাম্, অবাল্, অহুই কথা যাউবম্লবদী তাক্পীবকপা খুদীঙ্মক্ হবাউন লৌজগনী।

*- অইব*

# খুদোল্ তম্জব

ইমা ! পোক্নফম্ লম্দম্ নুঙ্সীবী,
নচাসীঙ্গী খন্বীবদ কোক্ চাউরবী ...........

লৈখোঙ্ সেঙ্বীনব লৈতরব, উরী-ব্বারীসীঙ্গন কুপ্সীল্লব,
লীরব ইমাগী লৈকোন্নুঙ্গী উরী-ব্বাবী খরদং থদত্চদুন,
থমোইগী যেন্দাই পাইদুন, মীত্ন উব, খুত্ন লাম্ব ফংজব,
সীঙেন্ খরদং হেক্চবগ, লৈবাঙ্ পবেঙ্ অমতং লেঙ্জদুন,
তম্জবী ইমাগী খুদোল্ :
লৈচন্ সুদে, লৈখন্ চাদে হাইবীগনু ইমা,
ইবোন্দ মীবেন্ যান্সীন্লীবমখৈ ফজবনী খন্জব,
মীগী ময়েক্-মসোন্ চত্নবীবু ব্বাইরীবমখৈ লেম্জবনী খন্জব,
মীগী চত্নবী সনা অদুদ ইরোন্ন তম্ফা থীল্লুবদী ......
ফজবদী হেন্গত্প যাই 'দুবু ঐগী তম্ফাদী মাঙ্লেদো !!
অসীগুম্ব অখং-অহৈ ইথক্থোঙ্বসীঙ্গী মমাঙ্দ,
হৈত -হৈত তবী-তবী চোঙ্থোক্চবনী।
ঐগী অসীবু উরগ, অমদুদী অসুম্ তৌসী হাইদুন
মংফাউবীবক্লবদী হোত্নজমন্গী মহৈ য়াল্লে খন্জগেকো ইমা !

- অইব

# য়াউফম্ তাক্প

----

(অহান্বা তাঙ্কক্)

# লোন্ অমসু লোন্চত্ পথাপ্
# (Language and Grammar)

## লোন্ (Language) :

মীওইব কাঙ্লুপ্ন মসা-মসাগী পুক্নিঙ্গী ইহুল্সীঙ্ অদু অতোপ্প অমগী মফম্দ চীন্ন ঙাঙ্দুন নত্তবগ কবীগুম্ব পাম্বৈ অমগী মতেঙ্ন ফোঙ্দোক্লীব অদুবু লোন্ হাইন কৌই ।

## লোন্গী মখল্ :




## লোন্চত্ পথাপ্ (Grammar) :

কবীগুম্ব লোন্ (লোল্) অমগী অচুম্-অবান্, লোন্ অদুদ সীজীন্নবীব যাৱাসীঙ্, ৱাহৈ পবেঙ্সীঙ্গী মসক্-মওঙ্ লোইনন সীজীন্নবগী অচুম্-অবান্গী ৱাফম্ অদু তাক্ই । অদুম্নদী ওইবগ যাৱাসীঙ্, অদু কম্দৌন কদাইদগী লাক্পনো কবী কম্দৌন ওইবক্পনো হাইব অদুগী পাউখুম্ পীদে, মদুগী মরম্দ নৈনদে । মদু নৈনবদী লোন্মীত্কী থবক্নী ।

লোন্চত্-পথাপ্ অসী চত্নলোন্গী মখা পোন্লী, হাইবগী ৱাহন্থোক্তী লোন্চত্ পথাপ্ন পাম্ব মতুঙ্ইন্ন চত্নলোন্বু হোঙ্দোক্ হোঙ্জীন্ তৌব ঙম্দে। মরম্ অসীন অকক্নব পান্দম্ লাক্সীন্ব য়াদব হাইব ৱাফম্ কয়া লাকই।

*"The Grammar of a language is not a list of rules impose upon its speakers by scholastic authorities, but is a scientific record of the actual phenomena of that language, written and spoken. If any community habitually uses certain forms of speech these forms are part of grammar of the speech of that community"*

*- R.L. Varshney*

## লোন্মীত্ (Linguistics) :

করীগুম্ব লোন্ অমগী মচাক্-মচল্, লৈরীব য়াৱাসীঙ্ অদু করম্ন কদাইদগী কম্দৌন ওইরক্পনো করীগী ওইরক্পনো হাইব অদু মচা খাইন তাক্প অদুবু লোন্মীত্ কৌই। মহাক্ন লোন্ অদুগী ওইরম্ব অমদী ওইরক্লীবগী মরম্ লোইনন মাগী পুৱারীগী মরম্দ সন্দোক্ন নৈনৈ।

## লোন্মীত্কী মরুওইব নৈনফম্ (১) :




## অতৈ নৈনফম্ খর - (২) :

(৫) লোন্গী হৌরক্ফম্ - (Origine of Language)
(৬) লোন্গী সাগৈ সলাই - (Group of Language)
(৭) লোন্গী পাক্ সন্ব ফীবম্ - (Linguistic Geography)
(৮) ময়েক্ - (Script)

*Linguistics is the scientific study of language. But it is the study not of one particular language but of human language in general. It attempts to describe and analyse language. In this way its studies the origin, organisation, nature and development of language descriptively, Historically, comparatively and explicitly, and formulate the general rules related to language.*

সম্ন পন্জরবদ লোন্গী মরম্দ লোন্মীত্কী অসিগুম্ব নাক্-য়েত্, থক্-খা, কচীন্ কোয়া থুঙ্ন নৈনব অসী উবদগী চুম্ন লোন্চত্ পথাপ্ ইবসীঙ্নসু মাগী পংখৈ লান্থোক্তুন লোন্মীত্কী ওইব ৱাফম্ কয়া কয়া পুসীন্দুন লোন্চত্ পথাপ্ ইনরে। তৌবগীদী মরু ওইব খর অদু পুসীন্দরবদী লোন্চত্ পথাপ্ অদু ইচম্ চম্বগুম্, মচন্ সুদবগুম্ তৌদুন মপুঙ্ ফাদবগুম্ তৌই। অসীগুম্ব য়ান্সীন্নবসী অৱাঙ্ব থাক্ত পাক্-সন্ন নৈরক্প মতম্দদী পংখৈ মান্নদবগী হৌনসা তোঙান্ তোঙান্ তানরক্ই।

## লোন্চত্ পথাপ্কী থীলেল্ অহুম্

### লোন্চত্ পথাপ্ (Grammar) :

লোন্চত্ পথাপ্ কদাইবু কৌই হাইবগী ৱারোল্ অদু মমাঙ্গী ৱাহৌদোক্কী মতাঙ্দ নৈনখরে। মহৌসান লোন্চত্ পথাপ্ হাইব অসী থীলেল্ অহুম্গী পাংখৈদ নৈনব ঙাক্তনী মদুদী :-




### ৱাকোক্লোন্ থীলেল্ :

থীলেল্ অসী ময়েক্কী মরম্দ নৈনবনী। ময়েক্কী মসক্মওঙ্, হৌরক্ফম্ অমদী পান্দম্ তাক্প লোইনন খোন্থোক্লোন্ নৈনব, চৈসীঙ্ ময়েক্ সীঙ্গী মরম্দ ৱাঙ্উলোন্নচীঙ্ব নৈনদুন তাক্ই। ময়েক্ হাইবসী খোন্জেল্গী মচেত্সীঙ্গী মশক্ লাক্তুন ৱা-য়াৱাবু সেম্গত্ সাগত্পগী য়াম্ন মরু ওইবা তঙাইফদব মচাক্, অমনী। ময়েক্কী মরম্দ নৈনব থীলেল্ অদুবু ৱাকোক্লোন্ থীলেল্ কৌই।

### ৱাপোক্লোন্ থীলেল্ :

থীলেল্ অসী ময়েক্ন সাগত্লক্তুন সেম্লক্পা য়াৱা অদুগী মরম্দ নৈনবনী। য়াৱা হাইবগ ৱাহৈ হাইবগ খেত্নব লৈ। য়াৱা হাইবসী ইংগরেজীগী ৱার্দ হাইব অদুনী, ৱাহৈ হাইবসীদী ৱা হাইবদী য়াৱা, হৈ হাইবদী মহৈ য়াল্লব, হাইবদী মহৈ য়াল্লব ৱাফম্ অদুবু তাক্ই। অদুনদী মহৈ য়াল্লব, মপুঙ্ ফাব ৱাহন্থোক্ লৈব অদুবু

ৱাহৈ কৌই । মপুঙ্ ফাব ৱাহন্থোক্ লৈরবদী মদুবু ৱাহৈ-পরেঙ্ কৌই । অদুন য়াৱা হাইবনী । হাইরীব ৱাপোক্লোন্ থীলেল্ অসীদ য়াৱা সেম্বব, য়াৱাগী মখল্ য়াৱাগী তোঙান্ তোঙান্ব সক্লোন্ অমদী মখল্ নচীঙ্বগী মরম্দ নৈনদুন ৱাহৈ পরেঙ্ সাগত্নবগী তঙাইফদব মচাক্ মচল্ ওই । য়াৱাগী মরম্দ নৈনব থীলেল্ অদুবু ৱাপোক্লোন্ থীলেল্ কৌই ।

## ৱাহৈ কোলোই থীলেল্ :

থীলেল্ অসীদ য়াৱা পরেঙ্ লেঙসীন্দুন ৱাহৈ পরেঙ্ সেম্গত্পগী মরম্দ নৈনৈ । থীলেল্ অসীদ ৱাহৈ পরেঙ্গী মসক্ মওঙ্ অমদী মখল্ লোইনন ৱাহৈ পরেঙ্ সাগত্প অমদী থুগাইদুন নৈনব চত্নলোন্গী অচুম্-অরান্ অমদী ৱারেঙ্গী ৱাহন্থোক্নচীঙ্বগী মরম্দ নৈনৈ । ৱাহৈ পরেঙ্গী মরম্দ নৈনব থীলেল্ অদুবু ৱাহৈ কোলোই থীলেল্ কৌই ।

## (১) ৱাকোক্লোন্ থীলেল্ (Orthography) :

## ময়েক্কী মরম্দ্ নৈনব :

ৱা-য়াৱাগী ৱাকোক্ অসী খোন্জেল্নী, হাইবগী ৱাহন্থোকতী খোন্জেল্, মচেত্ মচেত্ন পুন্সীল্লগ য়াৱা সেম্ই । ৱাগী হৌরক্ফম্ ওইরীব ময়েক্কী হৌরক্ফম্ মচেত্ মচেত্সীঙ্গী মসক্, লৌরীব ময়েক্ অদুগী মতেঙ্ন য়াৱা সেম্ই । মা অদুবু য়েক্ই হাইদুন ময়েক্ কৌই ।

ময়েক্ হাইবসী খোন্জেল্গী পীক্ল-পীক্লব খোন্থোক্কী সরুক্ মচেত্ মচেত্সীঙ্গী তোঙান, লোঙাল্লব খুদম্সীঙ্নী ।

## ময়েক্কী কাঙ্লুপ্ (Classification of Letters) :

মালেম্ অপুম্বসীদ লৈরীব ময়েক্সীঙ্ অসী ময়েক্ অমদ খোন্জেল্গী খুজীঙ্ অমমম্ত লৈব কাঙ্লুপ্ অম অদুগ খুজীঙ্ অমদগী হেন্ন লৈব হাইদুন অনী থোক্ন খাইদোক্ই । খুদম্ ওইন হাইরবদ 'অ' হাইব ময়েক্ অসী হাইদোক্পদ খোন্জেল্গী খুজীঙ্ অমত্ত লৈ হাইবদী খোন্জেল্গী খ্ৱাইদগী অতেন্ব সরুক্ অমত্তনী । 'ঐ' হাইব ময়েক্ অসী অ + ই = ঐ হাইদোক্পদ খোন্জেল্গী খুজীঙ্ অনী লৈ, হাইবদী খোন্জেল্গী তাঙ্কক্ মচেত্ অনী লৈ । অসুম্ন ময়েক্ হাইবসী কাঙ্লুপ্ অনী গী মনুঙ্দ লৈব ঙাক্তনী ।

(১) খোন্জেল্গী খুজীঙ্ অমত্ত লৈব ময়েক্ (Alphabetic)

(২) খোন্জেল্গী খুজীঙ্ অমদগী হেন্ব ময়েক্ (Syllabic)

খোন্জেন্গী খুজীঙ্ অমত্ত লৈব ময়েক্ হাইবসী 'ক' হাইব ময়েক্ অসীদ (ক + অ) 'অ' গী খোন্থোক্ য়াউদব, 'খ' হাইবসীদ (খ + অ) 'অ' গী খোন্থোক্ য়াউদব হাইবনী । খুদম ওইন 'ই' হাইব ময়েক্ অসীগী খোন্থোক্ত 'অ' গুম্ব খোন্থোক য়াউদে, ইংগরেজীদ হাইরগ ফোনীম্ অমত্তমক্ লৈব ময়েক্ হাইবনী ।

ইংগরেজী ময়েক্‌ হাইন খংনরীব রোমান্‌ ময়েক্‌ অমদী মীতৈ ময়েক্‌ অনী অসী খোন্‌জেন্‌গী খুজীঙ্‌ অমমম্‌ত লৈব মেয়ক্‌ ঙাক্‌তনী।

## ময়েক্‌ পুথোক্‌প (Invention of letters) :

লোন্‌ হান্‌ন লৈরব মতুঙ্‌ কাইনথংদ লোন্‌ অদুবু ইথোক্‌নব, য়েক্‌থোক্‌নব য়াম্‌ন ৱান হোত্‌নরবগী মতুঙ্‌দ ময়েক কোন্‌ন পুথোক্‌পনী। অসুম্‌ন মাগী মাগী লোন্‌সীঙ্‌গী ময়েক্‌সীঙ্‌ তোঙান্‌ তোঙান্‌ন পুথোক্‌নবক্‌খীবনী। অসুম্‌ন হৌজক ফাউবদ ময়েক্‌ পুথোক্‌নদরীব লোন্‌ কয়া কয়াসু লৈরী। অসীগুম্‌ব মতাঙ্‌দ ময়েক্‌ লৈতবীর লোন্‌সীঙ্‌ অসী মপুঙ ওইব লোন্‌ অমগী লোন্‌থৈনী হাইনবসু লৈরী।

মথক্‌ত হাইরীবসীঙ্‌ অসীন তাক্‌পদী ময়েক্‌সীঙ্‌গী য়ুম্‌ফম্‌দী ময়েক্‌ ময়েক্‌ অদুগী লোন্‌সীঙ্‌ অদুগী খোন্‌থোক্‌লোন্‌ অদুদ য়ুম্‌ফম্‌ ওই।

করীগুম্‌ব ময়েক্‌ অমগী মতাঙ্‌দ লান্‌ব চুম্‌বগী য়েত্‌নব লাক্‌লবদী মদুগী ৱায়েল্‌ অদু লোন্‌ লোন্‌ অদুগী খোন্‌থোক্‌লোন্‌ অদুগী চানব অদুদ য়ুম্‌ফম্‌ ওই ওইদুন লেপ্‌কনী। অতৈ অতৈগী ৱাফম্‌ পুসীন্‌বগী মথৌ তাদে। অসীগুম্‌ব মতাঙ্‌ লাক্‌লবদী লোন্‌ লোন্‌দুগী খোন্‌থোকলোন্‌ খংদবা য়াদে, নৈনদব য়াদে। মদু খংদব অম্‌গী নৈনদব মীন ইসান পাম্‌জবগী মওংদ মীগী পরীঙ্‌ পথাপ্‌তী ইয়েঙ্‌ য়েঙ্‌দন অতৈ অতৈগী ৱাফম্‌ পুসীন্‌দুন য়েত্‌পগী মথৌ লৈতে। মদু মীগী চাক্‌লুক্‌ত খুজাই খাঙ্‌জীন্‌ব ওইন থোক্‌ই তৌফদে। ময়াম্‌গী ওইন অতোপ্‌প লোন্‌ অমগী বাচুম্‌ বনান্‌ অতোপ্‌প ময়েক্‌ অমন ইবদ খুদোঙ্‌চাদব লৈনৈ। মদু কোক্‌ননব উপাই সীঙ্‌ অদু ময়েক্‌ মসা মসা অদুদ-য়াননব সীন্‌ব মওং অমদী পান্‌দম্‌ য়াউজে। মদু খংদন অমদী য়েঙ্‌দনা মান পাম্‌ব অমদী খংলুব অমগী পান্‌দম্‌ পুসীন্‌বগী মথৌ তাদে।

*"Without phonetics any person in the field of general speech is considered illiterate"*

*-Van Riper*

*A phonetician is concerned with the actual physical sounds, the raw material out of which language is made.*

## ময়েক্‌ পুথোক্‌প (Invention of letters) :

অখঙ্‌ অহৈসীঙ্‌ন হাইবগী মতুঙ্‌ইন্‌ন ময়েক্‌ পুথোক্‌প হাইবসী খ্ব : মমাঙ্‌ চহী ১০,০০০ অদুৱাইদগী খর খর মওং লাক্‌লগ খ্ : মমাঙ্‌ চহী ৪,০০০ ফাউবগী মনুঙ্‌দ পুথোকখীবনী মসী উপাই মখল্‌ মখা কয়া কয়া সীজীন্‌নরব মতুঙ্‌দ কাইনথংদ ময়েক্‌ পুথোক্‌খীবনী।

## ময়েক্ পুথোক্প ঃ

### (১) লাই ওইন য়েক্তুন তাক্প (Pictograme) :

অহান্বদ ময়েক্ পুথোক্পগী ৱাখল্ লাম্ব ফংদবন লাই ওইন য়েক্তুন ৱাখল্ ফোঙ্দোক্পগী মওং হৌখী। মওং অসী হৌজিক্ ফাউবদ নোক্নীঙ্ব মওংগী অরাইব লাই কয়া কয়া য়েক্তুনা ৱারী সীঙ্বুল্ কয়া কয়াবু তাক্প মওং কয়া চেফোঙ্ কয়াদা উত্প চত্নরী।



লু অমগা খোই অমগ য়েক্লীব অসীন লুখোইবু খংনবনী, অনাব অম মাইবন পুক্ সুরীবসী লুখোই নারে তাক্নবনী। কসার্দ লংফৈ চত্খীব লুখোই অদু নারে হাইদুনা পাউ থাবনী।

### (২) কাউদ খুদম্ তাক্প (Memorial Symbol) :

লংদ কীসী কীসীনদুন, অমদী ফীজী মচেত্ অম কীসী কীসীনদুন থৌদোক অম নত্রগ থবক্ অম নীঙ্সীঙ্নব খুদম্ থম্ব হাইবদী কীসী অদু হেক্ থেঙ্নবদ মাগী থৌদোক্ অমদী থবক্ অদুবু হেক্ হেক্ নীঙসীঙ্লক্ই। লং অদু পরেঙ্ পরেঙ্ কীশী কীদুন য়ান্দুন পরেঙ্ থম্বদ চহী নত্রগ মান তৌখীব থবক্ অদুগী মসীঙ্ অদু খংই। ফুরীত্খাইউদ লং মতম্ তাসীন্ব অম হাপ্পদ মদু হেক থেঙ্নবদ মাগী থবক্ অদু খংনীঙ্ নীঙসীঙ্হল্লী।

লং কীসী কীব



কাউথীদনব নীঙ্‌সীঙ্‌নব খুদম্‌

লং পরেঙ্‌ য়ান্‌ব



চহী মসীঙ্‌ কাউদনব

= চহী মঙা সুরে খংই

## (৩) খুদম্‌ উত্‌তুন তাক্‌প (Sign Symbol) :

লম্‌বীদ অঙাঙ্‌ চেন্‌ব উত্‌প লাই য়েক্‌পদ অঙাঙ্‌ সান্‌নরী তপ্‌ন চত্‌লু হাইবনী খংনব, লায়েঙ্‌ সঙ্‌গী খুদম্‌ য়েক্‌তুন থেত্‌প্‌ লাইনীঙ্‌গী খুদম্‌ উত্‌পদ খংনব অসী হৌজিক্‌ ফাউবদ চত্‌নরী।



অঙাঙ্‌ চেন্‌ব সান্‌নব খংনব খুদম্‌



লাইয়েঙ্‌ সঙ্‌নী খংনব খুদম্‌



খ্রীরীস্‌তান্‌গী লাইসঙ্‌নী তাক্‌প খংনব খুদম্‌

## (৪) নুঙ্‌গী ব্রাখল্‌ ফোঙ্‌দোক্‌প (Ideograme) :

লান্‌ফম্‌দ য়েক্‌নবগী মনাক্‌ত খুত্‌লাই থম্‌লগ খুত্‌ তীঙ্‌থোক্‌তুন য়েক্‌প লাই অম থারবদী লান্‌ তৌনরনুসী মরুপ্‌ সান্‌নরসী তাক্‌ই। নীঙ্‌থৌ অমদ লৈসাবী অম লৈ পরেঙ্‌ পাইদুন লৈব অম য়েক্‌তুন থারবদী মচানুপী থাজগে তাক্‌পনী খংই।



য়েক্লীব অৱাঙ্ব অনী অসী নীঙ্থৌ অনীনী ময়াইগী অসীন লুচীঙ্বনী তুঙ্গী ময়াম্ অসীন লান্মীসীঙ্নী নীঙ্থৌ অনী মরুপ্ সানসী হাইন পাউ থাবনী। অসুম্ন লাই য়েক্তুন সীজিন্নরম্বগী মওঙ্ অসী য়াম্খবে। হৌজিখ্ ফাউবদসু লাই ওইন য়েকতুন খঙ্নবগী মওঙ্ অসী লৈরী। অদুম্ ওইনমক্ পুক্নীঙ্গী ৱাখল্সী ফোঙ্দোক্পনচীঙ্বদদী লাই ওইন য়েক্পা অসীন মপুঙ্ ফাব ঙম্দে। মরম্ অসীদগী খোন্জেন্গী মহুত্সীন্ব খুদম্ (ময়েক্) পুথোক্নব হোত্নরকখী।

## (৫) খোন্থোক্কী মহুত্সীন্ব খুদম (Phonograme) :

খোন্থোক্কী মহুত্সীন্ব খুদম্ মচা মচা পুথোক্প অসীন খোন্থোক্পু য়েকই হাইদুন খুদম্ অদুবু ময়েক্ কৌই। মসীন ময়েক্ পুথোক্পগী অরোইব থাক্নী। মসী অহান্বদা খোন্থোক্ অমমম্গী নতরগ ৱাহৈ অমমম্গী মহুত্ সীন্ব খুদম্ অমমম্ পুথোক্লম্ই মতুঙ্দ মদুদগী হেন্ন খুদোঙ্ চাগদব য়েঙ্দুন খোন্জেন্ মচেত্ মচেত্কী মহুত্ সীন্ব খুদম্ মচা মচাসীঙ্ পুথোক্তুন মপুঙ্ ফাব খুদোঙ্চাবদু ফংই। খুদম্সীঙ্ অসী পুন্সীনদুন ৱাহৈ সেম্ই

**খুদম্ :-** খোন্জেন্গী মহুত্সীন্ব ময়েক্ -

ককসল্লু = ক ক্ স ল্ ল উ = ꯀ ꯛ ꯁ ꯜ ꯂ ꯎ ; = ꯀꯛꯁꯜꯂꯎ = ꯀꯛꯁꯜꯂꯨ

মচাক্ = ম চ আ ক্ = ꯃ ꯆ ꯑꯥ ꯛ ; = ꯃꯆꯑꯥꯛ = ꯃꯆꯥꯛ

অদুগী = অ দ উ গ ই = ꯑ ꯗ ꯎ ꯒ ꯏ ; = ꯑꯗꯎꯒꯏ = ꯑꯗꯨꯒꯤ

অসুম্ন অরোইবদ খোন্জেন্ মচেত্ মচেত্ সীঙ্গী মহুত্ সীন্ব খুদম্ পুথোক্নরক্পদগী ৱাখল্ মপুঙ্ ফানা ফোঙ্দোক্নবগী খুদোঙ্চাব ফংনখীবনী। অসীগুম্ব খুদম্সীঙ, অসীবু ময়েক্ হাইন খঙ্নরী।

ময়েক্ পুথোক্নবসী লোন্ মসা মসাগী খোন্জেন্ অমদী খোন্থোক্সীঙ্গ চান-চানব য়েঙ্দুন মসা-মসাগী লোন্গী বনান্ ইনব লোন্ লোন্দুদ চন্নব মখে খন্গত্তুন পুথোক্নবনী। মরম্ অসীন অতোপ্প লোন্ অমগী বনান্ অতোপ্প ময়েক্ অমন ইবদ খুদোঙ্ চাদব লৈনৈ। অদুগুম্ব মতঙ্ লাক্পদ য়ান য়ানন্ব ময়েক্ অমগ অমগ নপ্সীন্নদুন অমদী তপ্সীন্নদুন সেম্নবগী থৌরাঙ্ লৈনৈ। অদুগুম্ব সেম্ সাজীন্ব ময়েক্সীঙ্ অদু ময়েক্কী মসীঙ্দ চন্দে।

খুদম্ খর য়েঙ্বীয়ু :-

ইঙ্গরেজী ময়েক্ হাইন খঙ্নবীব রোমান্ ময়েক্ ২৬ অসীদ খ, ঘ, ঙ, চ, ছ, থ, ধ, ভ, ক্ষ, ঐ, ঔ নচীঙ্ব ময়েক্সীঙ্ লৈতে। অদুবু খ = Kh, ঘ =Gh, ঙ = Ng, চ = Ch, ঝ = Jh, থ = Th, ধ = Dh, ভ = Bh, ক্ষ = Ksh, ঐ = Ei, ঔ = Ou নচীঙ্বগ মান্নহন্দুন বনান্ ইনরী, অদুবু মখোইসীঙ্ অসী ইঙ্গরেজীগী ময়েক্ সীঙ্গী মনুঙ, চন্দে। হাইবদী k ময়েক্নী h ময়েক্নী kh কৌব ময়েক্ লৈতে। অদুবু ঐখোইন হেক্ত হাপ্চীল্লুব য়াদে লোইনন হাপ্তরবসু বনান্ ৱাচুম্ পুম্নমক্ লোইন ইনরীব অসীনী।

মথক্কী অসুম্ন মীতৈ ময়েক্ ২৭ অসীদসু খোন্থোক্ সুদে হাইবনচীঙ্ব ঙাঙ্নব য়াউরীবসী মদুগী য়ানব থৌরাং অদু মসাদ অদুম্ য়াউজে, অদুন য়াদব লৈতে। হেন্ন ফগত্হন্বগী মওং ওইরবসু মপু মসান মসাগী পরীঙ্ পথাপ্ কাইহন্দনা তৌজগদবনী। মীগ মান্নদে অমদী চানদে হাইদুন মীগী অদুগী মতৌ তমলুব য়াদে খংবীগনী।

মথক্তসু খুদম্ খর উত্চরে অদুবু মতম্ কুইন বংগলা ময়েক্ত হৈনদুন লাক্লব মীওইসীঙ্ন বংগলা লোন্ অমদী ময়েক্, মীতৈ লোন্ অমসু মীতৈ ময়েক্ত সাত্থীন খেত্নরীব অসীগী পরীঙ্ পথাপ্ লৈনরীব অদুদী ইয়েঙ্ য়েঙ্নদন মীতৈ ময়েক্ কুন্তরেত্ অসীন খোন্থোক্ কাচীন্ য়ৌসীন্ব ঙম্দে ময়েক্ সুদে হাইন কন্ন য়েত্প লৈ। সাওং সাদা মান্নদব অপীক্প মী অমগ অচৌব মী অমগ ফুরীত্ তুবদ নাপ্ মান্নদবদী মসান তাজবনী মান্নদব লৈনৈ মদু মখাদ ফজন থেংনবীগনী। মদুগীদমক্ত খোন্থোক্সীঙ্ অদু ইব য়াননব মওংসীঙ্ অদু ময়েক্ মসা মসাদ য়াউজে হায়বদু ইংগরেজী ময়েক্ত মথক্ত খুদম্ উৎলীব অসী নৈনবীয়ু। মীতৈ ময়েক্কী মতাঙ্দসু মতাঙ্ মতাঙ্দ নৈনজরী মান্নদব লোন্ অনীগী মান্নদব ময়েক্ অমদী মান্নদব চত্নবী লৈনব মসান তাজবনী। বংগলা ময়েক্কী চত্নবীরোম্দ পুসীন্দুনা মীতৈ ময়েক্ নৈনবীনু। অদুবু বংগলা ময়েক্কী খোন্থোক্ য়ৌননবা করী থৌরাঙ্ লৈবগে হায়ব অদুদী য়েঙ্বীয়ু। মদু মতাঙ্ মতাঙ্দ নৈনজরী। তেন্ন পন্জরবদ শ, ষ, স, ছ মরী অসীগী খোন্থোক্ অদু 'স' খক্তবু লৌজবনী ট, ঠ, ড, ঢ, ণ অদু ত, থ, ধ, ন, তবু লৌজবনী ড় = র, ঞ, ন, গী মহুত্ 'ন' তবু লৌজবনী ক্ষ = খ ; ৎ = ত্ ওইনা লৌজবনী অসীগুম্ব ময়াম্ অসী অতৈ মতাঙ্দ ফজন নৈনজরীব অদু মুন্ন য়েঙ্বীরগ খংবীগনী।

# মীতৈ ময়েক্ (Meetei Mayek) :

লাইওইখরবা ইপা- ইপুসীঙ্না হকচাঙ্ কয়াত্কী ফীদম্ লাক্তুনা মীতৈ ময়েক্ পুথোক্লম্ই।



তাইপং ৱাকোন্পূঙ্তী কোক্নে ꯀ ॥ কোক্ত সম্ হৌপনে ꯁ ॥ সম্কী খাত লাইপক্ লৈপনে ꯂ ॥ চং-সী-চং, খুত্চীঙ্ অহুম্ অহুম্ন সাপনে। লাইপক্কী খাত মীত্ লৈপনে ꯃ ॥ মীত্কী মপান্ত পা হৌপনে ꯄ ॥ নাকন্ত নাকোঙ্ লৈপনে ꯅ ॥ মাইকী খা তাপত চীন্ লৈপনে ꯆ॥ চীন্ত তীন্ থোক্পনে ꯇ॥ মসীকী খাত খৌ লৈপনে ꯈ॥ খৌ কী থক্ত ঙৌপাক্ লৈপনে ꯉ॥ খাত কুম্থপত থৌপাক্ (থবাক্) লৈপনে ꯊ॥ মনুঙ্ত থৱায় লৈপনে ꯋ॥ নম্কন্ত যাঙ্লেন্ লৈপনে ꯌ॥ ময়াম্ অসী হংন লৌসীন্নৈ ꯍ॥ ময়াম্সী অমুক্ উন্ন (উন্সান) কুপ্সীল্লী ꯎ॥ হক্চাঙ্ত ই.চেন্পনে ꯏ॥ পুম্নমক্কী মলু (মরু) তী ফম্পীনে ꯐ॥ ফম্পীকী নাক্ত অতীয়া *(আতীয়া) অহাঙ্প লৈপনে খংপীও ꯑ॥

ময়েক্ - ১৮

ꯀ ꯁ ꯂ, ꯃ ꯄ ꯅ, ꯆ ꯇ ꯈ,

ꯉ ꯊ ꯋ, ꯌ ꯍ ꯎ, ꯏ ꯐ ꯑ ॥

মমৈদা মসাগী খোন্থোক্ লোম্থজরকপ লোইনন অতৈ লোন্সীঙ্গী খোনথোক্ ইব য়াননব মওংদ অতৈ খোন্থোক্ মাপল্ অমগা থোক্লক্ই মদু মখাদ উত্লী।

---

** অতীঅ অসী পলেম্গী পীবুক্নুঙ্গী নাউয়োক্ফম্ অহাঙ্ব অদুবুনী। নোঙ্মদোন্ থক্কী আতীয়া অহাঙ্ববু নত্তে।*

মপী ময়েক্ - ২৭ | লোনসুম্ - ৮ | চৈতপ্ - ৮ | খুদম্ - ৩ | চৈসীঙ্ - ১০

| | | |
|---|---|---|
| ꯀ = K (Kok) | ꯁ = S(Sam) | ꯂ = L (Lai) |
| ꯃ = M(Mit) | ꯄ = P(Pa) | ꯅ = N (Na) |
| ꯆ = Ch(Chil) | ꯇ = T (Til) | ꯈ=Kh (Khou) |
| ꯉ = Ng (Ngou) | ꯊ = Th(Thou) | ꯋ = W(Wai) |
| ꯌ = Y(Yang) | ꯍ= H(Hook) (Hang) | ꯎ = U (Oun) |
| ꯏ = E/I(EE) | ꯐ= Ph(Pham) | ꯑ = A (Atia) |
| ꯀ ↓ ꯒ — ꯒ= G(Gok) | ꯁ ↓ ꯓ — ꯓ = Jh(Jham) | ꯂ ↓ ꯔ — ꯔ= R (Rai) |
| ꯄ ↓ ꯕ — ꯕ= B(Ba) | ꯆ ↓ ꯖ — ꯖ= J(Jil) | ꯇ ↓ ꯗ — ꯗ = D(Dil) |
| ꯈ ↓ ꯘ — ꯘ= Gh (Ghou) | ꯊ ↓ ꯙ — ꯙ= Dh(Dhou) | ꯐ ↓ ꯚ — ꯚ = Bh (Bham) |

**LONSUM**

- ꯛ =ক্
- ꯜ =ল্
- ꯝ =ম্
- ꯞ =প্
- ꯟ =ন্
- ꯠ =ত্ /ৎ
- ꯡ =ঙ্
- ꯢ =ই্

**CHEITAP**

- ꯀꯣ =কো
- ꯀꯤ =কি /কী
- ꯀꯥ =কা
- ꯀꯦ =কে
- ꯀꯧ=কৌ
- ꯀꯨ =কু /কূ
- ꯀꯩ =কৈ
- ꯀꯪ =কং

**KHUDAM**

- ꯫ = Cheikhei
- . = Lum
- _ = Apun

Khonthok Eba - ꯑ–অ, ꯑꯥ–আ, ꯏ–ই/ঈ ꯔꯤ–ঋ, ꯎ–উ/ঊ, ꯑꯦ–এ, ꯑꯩ–ঐ, ꯑꯣ–ও, ꯑꯧ–ঔ, ꯑꯪ–অং

| Cheishing Mayek | ꯱ | ꯲ | ꯳ | ꯴ | ꯵ | ꯶ | ꯷ | ꯸ | ꯹ | ꯱꯰ (꯱꯰ = অমদ ফুন্ তরা) |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ |

মথক্ত উত্‌লীব অসীগী পরীঙ্দ মীওইব কাঙ্লুপ্‌ন মাগী মাগী লোন্সীঙ্গী ময়েক্সীঙ্ পুথোক্‌নখী। মতৌ অসুম্‌ন মীতৈলোন্ মনীপুরীগীসু অরীব মতম্‌দগী মীতৈ ময়েক্ পুথোক্খী।

মতুঙ্ তারক্‌পদ মীখুত চংদুন মীতোপ্সীঙ্ন খুদুম্ চন্‌খীবগী সাঙ্লব পুৱারীন মীতৈ ময়েকপু মখোইগী লোন্গী খোন্থোক্‌ক চানব ময়েক্‌কী চানব চত্‌নবীরোম্‌দ মসক্তং খেত্নহল্লগ ওনথোক্ তুন মীতৈ ময়েক্ সাদুন সেম্ব লোইনন অরীব পুয়া কয়া কয়াবু সেম্‌দোক্‌প ময়েক্সীঙ্ অদুন নৌন ইথোক্‌হনদুন থম্‌লম্বন মরম্ ওইদুনা ময়েক্‌কী অচুম্ অরান্গী য়েত্নহন্‌বগী মরুওইব মচাক্ ওইহল্লী। মদুতসু নত্তন মীতৈ ময়েক্‌পু তোক্থোক্‌হল্লগ বংললা ময়েক্‌পু ইয়েক্ ওইন সীজীন্নহনদুন হৌজীক ফাওবদ চত্‌নরী। মসী লাইবক্ থীবনী ..........। অদুবু মনীপুর সরকার্‌ন অখং-অহৈগী Expart Committee কাঙ্লুপ্ হন্‌ন হন্‌ন অনীরক্ সেম্‌দুন অচুম্ব ময়েক্ কুনথরেত্‌পু অনীরক হন্‌ন লেপ্‌খী। মীতৈলোল্গী খোন্থোক্ত যুমফম্ ওইরগা পুথোক্প ময়েক্ ওইবম হন্‌ন হন্‌ন কয়ারক্ নৈনরবসু লেপলীব অসীদ অদুম তাগনী পুক্‌নীঙ্ তয়াঙ্ তসোইবীরোই খন্‌জে।

# মীতৈ ময়েক্‌কী মওং মতৌ :

লোন্ হাইব অসী হক্চাঙ্গী কয়াত্‌কী মতেঙ্‌দগী চীন্লোম্‌দ ৱা ঙাঙলকপ ওইবগী হৌনসা মীতৈ ময়েক্‌কী মওং মতৌসু হকচাং কায়াত্‌কী মওংগী ফীদম্ লৌদুন পুথোক্ই ........।

অসুম্‌ন পুথোক্লীব ময়েক্, খুদীঙ্মক্‌কী মসাগী তোঙান্ তোঙান্ব ৱাঙউলোন্ Philosophy লোইন পী। অসুম্‌ন্ ইহান্ হান্‌বদ ময়েক্ তরানীপান্ পুথোক্লম্‌ই.....।

অরীব মতম্‌দ লোন্ অসী মসীঙ্ য়াম্‌লম্‌দে হায়ব অসী অরীব লোন্ নৈনবদগী খংব ঙম্ই। অদুন মীতৈলোন্ অরীব পুম্‌নমক্ ময়েক্ তরানীপান্ অসীতন ৱাচুম্ বনান্ ইব য়ারম্‌ই। ময়েক্ তরানীপান্ অসীন ইব ৱাচুম্ মীতৈলোন্ খুদীঙ্মক্‌কী তসেঙ তসেঙ্ব ৱাহন্থোক্ ফজন পী। হৌজীক্‌কী খোন্থোক্ লোম্থখীদুনা ৱাহনথোক্ মাঙলব মীতৈলোন্ খুদীঙ্মক্ ময়েক্ তরানীপান অসীন নম্‌দুন ৱাচুম্ ইয়ু য়াৱা অদুগী ৱাহন্থোক্ ফজন পীরক্কনী।

লোন্ হাইব অসী লেপ্তুন লৈতে, লেপ্তুন লৈরব লোন্ সীরব লোন্ ওই, অসুম্‌ন লোন্সীঙ্গী খোন্থোক্ লোম্থরক্‌ই, অনৌবা মীরোন্গী খোন্খোক্ চংলক্‌ই, অনৌব লোন্পোক্ লাক্‌ই ময়াম্ অসীন মরম্ ওইদুন খোন্থোক্ ইব সুনদদুন ময়েক্ মসাদগী খোনথোক্ মাপন্ অম চোঙথোক্ লক্তুন লোম্ থরকপ ময়েক্ মাপন অম পুথোক্তুন পুন্‌ন ময়েক্ কুনতরেত্ পুথোক্খী। ময়েক কুনতরেত্ অসীন মীরোল্গী ৱাচুম্ য়াউন খোন্থোক্ বনান্ পুম্‌নমক্ ইব য়াই।

অসুম্‌ন মতম্গী মতুঙ্ইন্‌ন খোন্থোক্ কী ৱাচুম্ ইব য়াদব তঙইফদবা লৈরক্লবদী মসাগী পরীঙ্ পথাপ্ অসী কাইহন্দন পুথোকপ হাপ্‌চিন্‌বা তৌনৈ। মদু কাইন হেক্ত হাপচীন্‌বদী য়াদে লোইনন লোন্ অমগী ময়েক্‌ন অতোপ্প লোন্ অমগী ৱাচুম্ ইবদ খোন্থোক সুদব খুদোঙ্ চাদব লৈনৈ অদুবু মদুগী থৌরাং অদু ময়েক্ অমুক পুথোকলুদরবসু ইব য়াননব থৌরাঙ্ ময়েক্ মসা মসাদ লৈনরী মসীবুসু তঙাইফদন খংবীব তাই। ৱা ঙাঙ্বদ নাক্‌য়েত্ চনীঙ্ তান খন্থরগ হায়বীব তাই হাইজনীঙ্ই।

# ইনুঙ্য়েক্ (Vowel) কী খোন্থোক্

## ‘লৈ’ অমসুং চীন্বান্গী মওং :




৫. চীন্বান্ কোইদব - ই, এ, অ, আ




৬. চীন্বান্ কোইব - উ, ও, ঔ



## ইনুঙ্য়েক্ অমসু খুনুঙ্য়েক্কী খোন্থোক্ফম্ :

১. নীঙ্সা লম্বী Wine pipe

২. চাক্খাউ লম্বী Gullet

৩. খোন্জেন্ থোক্ফম্ Vocal chord

৪. নীঙ্সাথোঙ্ মখুন্ Epiglattis

৫. খনাউ Larynx

৬. খনাউ তেঙ্খন্ Uvula

৭. কোক্ Soft palate

৮. ঙৌ Palate

৯. ঙৌমাঙ্ Alveola

১০. য়া Teeth

১১. চীন্বান্ Lips

১২. লৈতোন্ Tips of tangue

১৩. লৈয়াই Middle of tangue

১৪. লৈখোঙ্ Root of Tangue

১৫. নাতোন্ মরীন্ Nazal cavity




**খংগদব :-** নীঙ্সা লম্বীগ চাকখাউ লম্বীগ অনী অসী থংনন লৈ। ব্রা ঙাঙ্বদ নীঙ্সাথোঙ্ মখুম্ হাঙ্ই। করীগুম্ব চাব-থক্প মরুওইন য়োত্সীন্ব নতরগ থক্চীন্ব মতম্দ নীঙ্সা লম্বীদ মরীক্ অমতংত ওইরবসু তাখরবদী মদু হাদুনা কাম্থোক্প ঙম্হৌদদুন মনুঙ্দ চংখরবদী মী সী। অদুন চাব-থক্পদ ব্রা ঙাঙ্ব মরুওইন নোক্প ফত্তে হাইনরীবনী।

## বংগলা অমদী নাগরী ময়েক্সীঙ্গী খোন্থোক্ফম্ :

| স্বর ময়েক্ স্বরগী ঈচেল্ থিঙ্দব | ব্যান্জন্ ময়েক্ য়ানুঙ্গী মফম্ খরদ সোক্প থেঙ্ব | খোন্থোক্ফম্ | মমীঙ্ |
|---|---|---|---|
| অ, আ - | ক, খ, গ, ঘ, ঙ, - হ - | (কন্থ) খৌরীদগী | কন্থ্য |
| ই, ঈ, - | চ, ছ, জ, ঝ, ঞ, য়, শ, - | (তালু) ত্তৌদগী | তালব্য |
| ঋ | ট, ঠ ড, ঢ, ণ, - র, ষ - | (মুর্ধ) কোক্তগী | মুর্ধনা |
| উ, ঊ- | ত, থ, দ, ধ, ন-ল, স - | (দন্ত) য়াদগী | দন্ত্য |
| | প, ফ, ব, ভ, ম, - | (ওষ্ট) চীন্বান্দগী | ওষ্ট্য |
| | ঙ, ঞ, ণ, ন, ম, - | (নাসীকা) নাতোন্দগী | অনু নাসিকা |
| এ, ঐ,- | - - - - | খৌরী + ত্তৌদগী | কন্থতালব্য |
| ও, ঔ,- | - - - - | খৌরী + চীন্বান্দগী | দন্তোষ্ট্য |
| | ৰ, - | য়া + চীন্বান | |
| | ড়, ঢ, - | লৈয়েং + কোক্ | |

# ইনুঙ্য়েক্ অমসু খুনুঙ্য়েক্

## ইনুঙ্য়েক্ (Vowel) :

খোন্থোক্ হাইবদ নীঙ্সাগী ইচেল্ তীঙ্ব, থীঙ্ব লৈতব ময়েক্ অদুবু ইনুঙ্য়েক্ Vowel কৌই।

**মদুদী :-** অ, ই, উ, - ꯑ, ꯏ, ꯎ ;

মীতৈ ময়েক্ত ইনুঙয়েক্ Vowel ৩ লৈ - ꯑ, ꯏ, ꯎ, – অ, ই, উ, – (৩)

অতৈ তেঙ্বাঙ্ব ইনুঙ্য়েক্ সেম্বদী - ꯑꯦ, ꯑꯩ, ꯑꯣ, ꯑꯧ – এ, ঐ, ও, ঔ -(৪)

অপুন্ব ইনুঙ্য়েক্ - ꯑ, ꯏ, ꯎ, ꯑꯦ, ꯑꯩ ꯑꯣ, ꯑꯧ -(꯷)

অ, ই, উ, এ, ঐ, ও, ঔ -(৭)

ৱাফম্ অমতং ঃ-

মথক্কী অসীদ মীতৈ ময়েক্ত ইনুঙ্য়েক্ ꯑ, ꯏ, ꯎ, ꯑꯦ, ꯑꯣ মঙা অসী লৈরবদী চৈতপ্ নীপান্ লৈরীব অসী য়াউদরবসু হাইবদী চৈতপ্ য়াওদরবসু রোমান্ ময়েক্কুম্ন খোন্থোক্ পুম্নমক্ লোইন ইব য়ারে হাইব ৱাফম অমতং লান্থোকচরী নৈনবীয়ু - অহুম্দী হান্ন লৈজরে, ꯑꯦ, ꯑꯣ অনীতং ৱাত্লী।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| **খুদম্ :-** | ইনুঙ্ঙয়েক্ | = | ইনউঙ্ঙয়এক্ | = ꯏꯅꯎꯉꯉꯌꯑꯦꯛ |
| | খুনুঙ্ঙয়েক্ | = | খউ নউঙ্ঙয়এক্ | = ꯈꯎꯅꯎꯉꯉꯌꯑꯦꯛ |
| | লাইরীক্ | = | লঅইরইক্ | = ꯂꯑꯏꯔꯏꯛ |
| | লাইসু | = | লঅইসউ | = ꯂꯑꯏꯁꯎ |
| | নৈনবীয়ু | = | নঐনবইয়উ | = ꯅꯑꯩꯅꯕꯏꯌꯎ |

য়াম্ন কোইন থোক্লীবসী হৈনখরবদী থুন খুত্লোইরক্কনী মসী ইংগরেজী (রোমান্), ময়েক্কী বনান্গী মওংনী। মীতৈ ময়েক্কী ওইনদী রোমান ময়েক্ক সগৈ পুন্ব মরম্ন ওইথোক্প য়াবগী মওং লৈ। অরীব মতম্গী অরীব লোন্দা পুদাসু নৈনবীয়ু -

| **খুদম্ খর :-** | **অনৌব** | **অরীব** | **অনৌব** | **অরীব** |
|---|---|---|---|---|
| | আতীয়া | অতীঅ | লৈবম্মী | লৈরম্ই |
| | চারম্মী | চারম্ই | থুঙ্লম্লে | থুঙ্লমএ |
| | খংবীয়ো | খঙবীও (অ) | য়েঙবীয়ো | এঙ্বীও |

## খুনুঙ্ঙয়েক্ (Consonant) ২৪ :

ময়েক্ অদুগী খোন্থোক্ হাইবদ নীঙ্সাগী ইচেল্ অদু মরক্ মরক্ত অমদ থেঙ্ব তক্নব ইচেল তীঙ্দব ময়েক্ অদুবু খুনুঙ্ঙয়েক্ কৌই। মদুদী ক, ল, স, অসীনচীঙ্ব। মীতৈ ময়েক্ত খুনুঙ্ঙয়েক্ ২৪ লৈ মখোই অদুদী -

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ꯀ | ꯁ | ꯂ, | ꯃ | ꯄ | ꯅ, | ꯆ | ꯇ | ꯈ , |
| ক | স | ল | ম | প | ন | চ | ত | খ |
| ꯉ | ꯊ | ꯋ, | ꯌ | ꯍ | *, | * | ꯐ | *, |
| ঙ | থ | ৱ | য় | হ | * | * | ফ | * |
| ꯒ | ꯓ | ꯔ, | ꯕ | ꯖ | ꯗ, | ꯘ | ꯙ | ꯚ, |
| গ | ঝ | র | ব | জ | দ | ঘ | ধ | ভ |

অহুম্ অহুম্ন খুজীঙ্ ওই, রোমান্ ময়েক্কুম্ন ইনুঙ্ ঙয়েক্ খুনুঙ্ঙয়েক্ পুন্ন ই। মসী সাগৈ মান্নবগী মওংনী। মীতৈ ময়েক্ত খোন্থোক্ অয়াঙ্ অরুম্ অমদী অতেন্ অসাঙ্ হাইন খাইব লৈতে। রোমান্ ময়েকতসু খাইদে বংগলা অমদী নাগরী (হীন্দী ময়েক্) ময়েক্তদী ময়েক্ত খোন্থোক্ অতেন্বা অসাঙ্ব হাইন খাইব লৈ। অসুম্ন খাইব অসীন অমুক্ক হেন্ন মীতৈ ময়েক্ক চুসীন্নহন্দে। অতৈ মান্নদবগী মান্নদব ময়াম্ অসী উৎপ তারবদী অচৌব পন্দুপ্ অম নৈনব তাই অদুন উত্চদবনী। সম্ন হায়জরবদ মান্নদব ময়াম্ অসীন মীতৈ ময়েক্ত লান্দাসীন্দুন মীতৈ মচান মসাগী ময়েক্ মীতৈ ময়েকসু হন্থন উব অমদী চত্নহন্দনব হোংনব ময়াম্ লৈ। মসীমক্তী লাইবক থীবনী।

ঐগ নুঙ্সীনদব মীতৈ মচা অদু ইমাঙ্মক্তদ মীতোপ্ন ফুবদু উরবসু অদুম্ য়েঙ্দুন কলক্ পেন্দুন লৈগদরা !!

# খোন্জেল্গী খুজীঙ্ অমসু খোন্থোক্কী তাঙ্কক্ (Phoneme and Morpheme)

## খোন্জেন্গী খুজীঙ্ (Phoneme) :

ৱাহন্থোক্ পীনবগী মচাক্ ওইব খোন্জেন্গী খ্ৱাইদগী পীক্থব মচেত্ অদুবু খোন্জেন্গী খুজীঙ্ কৌই।

**খুদম্ :-** চাব- চ + অ + ব + অ = চাব

(১) খোন্জেলগী খুজীঙ্ :

মখোইদুগী = ম + খ + ও + ই + দ + উ + গ + ই - মসীদ খোন্জেল্গী খ্ৱাইদগী পীক্প খুজীঙ্ নীপাল্ লৈ।

| | | | | | | | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| খোন্জেল্ | = | খ | + | ও | + | ন্ | + | জ | + | এ | + | ল্ | - | (৬) |
| হক্চাঙ্ | = | হ্ | + | ক্ | + | চ | + | আ | + | ঙ্ | | | - | (৫) |
| ৱাফম্ | = | ৱ | + | আ | + | ফ | + | অ | + | ম্ | | | - | (৫) |
| কংফাল্ | = | ক | + | অ | + | ং | + | ফ | + | আ | + | ল্ | - | (৬) |
| লোইরে | = | ল | + | ও | + | ই | + | র | + | এ | | | - | (৫) |

## খোন্থোক্কী তাঙ্কক (Morpheme) :

য়াৱা অমগী খোনথোক্কী খ্ৱাইদগী পীক্থবা খেন্থোক্কী তাঙ্কক্ অদুবু খোন্থোক্কী তাঙ্কক্, কৌই।

**মদুদী :-**

| | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মখোই | - | ম | + | খোই | | | | | - | খোন্থোক্কী তাঙ্কক্ অনী লৈ। |
| মখোইগী | - | ম | + | খোই | + | গী | | | - | খোন্থোক্কী তাঙ্কক্ অহুম্ লৈ। |
| অনীমক্ | - | অনী | + | মক্ | | | | | - | খোন্থোক্কী তাঙ্কক্ অনী লৈ। |
| মথক্থংব | - | ম | + | থক্ | + | থং | + | ব | - | খোন্থোক্কী তাঙ্কক্ মরী লৈ। |
| মফম্দুদ | - | ম | + | ফম্ | + | ’দু | + | দ | - | খোন্থোক্কী তাঙ্কক্ মরী লৈ। |
| ঐখোইপুম্ব | - | ঐ | + | খোই | + | পুম্ | + | ব | - | খোন্থোক্কী তাঙ্কক্ মরী লৈ। |
| পুম্নমক্ | - | পুম্ | + | ন | + | মক্ | | | - | খোন্থোক্কী তাঙ্কক্ অহুম লৈ। |

## হৌজিক্ চত্নরীব মনীপুরী মীতৈলোন্গী ৱাচুম্ (বনান্) :

হৌজীক্ চত্নরীব মীতৈলোন্গী ৱাচুম্ অসী চত্নলোন্ (নীয়ম্ন) সংস্কৃত্ (সংস্কীরীত্) অদুগ ময়েক্কী পান্দম্ন বংগলাদ য়ুম্ফম্ ওইবনী। মসী মীতৈলোন্ অমদী মীতৈ ময়েক্ক মান্নদব য়েত্নব লৈরীবসী নৈনদুন য়েঙ্সী।

**নীঙ্সীঙ্গদব** :- ময়েক্ হাইব অসী খোন্জেন্গী মহুত্সীন্ব খুদম্নী ময়েক্, ওন্নরবদী খোন্থোক্, অদুসু ওন্নব তাই, অদুন খোন্থোক্ অদুগ চান চানব ময়েক্ ইগদবনী। ইবন অম অদুগ পাবন অম তৌরোইদবনি।

১। সংস্কৃত্কী পান্দম্ - ৱাহৈ অমগী অরোইব ময়েক্ অদু চৈতপ্ য়াউদরবদী মাগী খোন্থোক্ অদু অচম্ব হাসন্ত ওইন পাগনী। **খুদম্** :- চাক - মাগী খোন্থোক্ চাক্ হাইন পাগনী

মীতৈলোন্গী পান্দম্ - লোন্সুম্ ময়েক্ নতরগ চম্বগী খুদম্ হাপ্তব ময়েক্ পুম্নমক্কী খোন্থোক্ অদু চম্দব খোন্থোক্ ওইন পাগনী। খোন্থোক চম্গে হাইরবদী হাসন্তগুম্ব খুদম্ হাপ্কনী।

**খুদম্** :- চাক্ - মাগী খোন্থোক্ চাক্ (চা-ক্) হাইন পাগনী।

২। সংস্কৃত্ - ৱাহৈ অমগী মরক্ত লৈব ময়েক্ অদু খোন্থোক চম্লবদী ময়েক্ অদু মাগী মখাদা লৈব ময়েক্ অদুদ তপ্সীন্গনী। **খুদম্** :- ইম্ফাল্ মসী মাগী খুত্ই ইন্ফাল হাইন ইগনী।

মীতৈলোন্ - ৱাহৈ অমগী মরক্ত লৈব ময়েক্ অদুগী খোন্থোক্ অদু চম্লবদী খোন্থোক্ অদুগী তাঙ্কক্ অম লৈরে (হাইবদী সীলেবল্ অমনী) অদুন মদুদ হাসন্তগুম্ব খুদম্ অম তপ্কনী। মসীদ খোন্থোক্কী তাঙ্কক্ অম লৈখরবন ঙাইহাক্ লেপ্কনী অতোপ্প মখাগী খোন্থোক্ত লাম্দুন তপ্সীন্ব য়াদে।

**খুদম্** : ইম্ফাল, অসীগী খুত্ই - ইম্ফাল্ হাইন ইগনী
য়ুম্নাক্ অসীগী খুত্ই য়ুম্নাক্ হাইন ইগনী

৩। সংস্কৃত্ - 'র' গী সায়োন্-

(ক) ৱাহৈ অমগী মরক্ত লৈব 'র' অদু খোন্থোক্ চম্লবদী র-অদু রেফ্ ওইন মখাগী ময়েক্কী মথক্ত কাগনী। খোন্থোক্ন রেফ্ন হান্ন অদুগ মখাগী ময়েক্ন কোন্ন হাইগনী।

**খুদম্** : ধর্ম মাগী খুত্ই 'ধর্ম' হাইন ইগনী
কর্ম মাগী খুত্ই 'কর্ম' হাইন ইগনী

(খ) 'র' অসী ময়েক্ত তপ্সীনগে হাইরবদী র-ফরা ওন্দুন মখাদা তপ্সীন্গনী।

**খুদম্** : 'সম্বরু' মাগী খুত্ই 'সম্ব্রু' হাইন ইগনী
সমুদর মাগী খুত্ই সমুদ্র হাইন ইগনী

(গ) 'র' অসী ৎ,রী গী খোন্থোক্ ওইন তপ্সীন্গে হাইরবদী রী ফরা ওইন ময়েক্কী মখাদ তপ্সীন্গনী।

**খুদম্** : কীরীক্ কীরীক্ মাগী খুত্ই কৃ খৃ ক্ হাইন ইগনী
বীরী - বীরী মাগী খুত্ই বৃ বৃ হাইন ইগনী

মীতৈলোন্ - সায়োন্ য়াম্বী 'র' গী খোন্থোক্ অসী মীতৈলোন্দ চংলক্পদগী অসেঙ্ব খোন্থোক্ কয়া থৈদুন পুরে, মহাক্ন ৱাহন্থোক্ কয়া কয়া মাঙ্হল্লে। 'র' অসী 'ল' দগী লোন্থরক্পনী অদুন 'ল' গী খোন্থোক্ লৈহন্দুন ৱাহন্থোক্ লৈহন্ব তাই।

**খুদম্** - ফৌলেন্ > ফৌরেন্, সনলেম্বী > সন্দ্রেম্বী।

'র' ওইরো, অমা ওইরো, রী ওইরো নত্রগ র তপ্সীন্গে হাইরবসু মথক্ত কাব অমদী মখাদ কুম্ব য়াদে। তপ্সীন্নবগী মতাঙ্দদী ইংগরেজীগুম্ পরেঙ্ থম্লগ খোন্ থোক্ অনী অদু তপ্সীন্নরে খংননব মখাদ অপুন্ খুদম্ লৈই অম চীঙ্গনী, চীঙ্দরবসু ইংগরেজীগুম খোনথোক্ তানব পাগনী।

**খংগদব** :- নাগরী অমদী বংলগা ময়েক্কী তাইপ্ রাইতর্ সাবদ ময়েক্ মথক্ মখা তপ্সীন্নব অসী য়াদদুন খোন্থোক্ চম্ব ময়েক্ অদুদ হাসন্ত তপ্লগ পরেঙ্ থম্ই। মসীগী মওং অসী মীতৈ ময়েক্কীদী হান্ন চত্নদুন লৈরম্লে।

**খুদম্** :- মক্কা - মক্কা ইম্ফাল - ইম্ফাল্
মথক্কী - মথক্কী, চম্প্রা - চম্পরা

মসীদসু নত্তে নাগরী মরুওইন বংগলা ময়েক্কীদী চৈতপ্ন হান্ন ইরগ মপুঙ্ ময়েক্ন কোন্ন ইব অদুগ খোন্থোক্ন কোন্ন ইব মপুঙ্ ময়েক্ন হান্ন অদুগ হান্ন ইব চৈতপ্ অদুগী খোন্থোক্ন কোন্ন পীবগী অখং অহৈগী থাক্ত ইকাইবসু লৈরীবনী।

**মদুদী** :-'কি' ই-কার ক নী অদুবু ক ই - কার হাইন পাই
'কে' এ-কার ক নী অদুবু ক এ - কার হাইন পাই
'কৈ' ঐ -কার ক নী অদুবু ক ঐ - কার হাইন পাই
'কো' ও-কার ক নী অদুবু ক ও - কার হাইন পাই
'কৌ' ঔ-কার ক নী অদুবু ক ঔ - কার হাইন পাই

মসী তায়োন্নব খুত্ইগী তায়োন্নব খুত্পানী। মীতৈগী খুত্ইদদী অসীগুম্বসী লৈতে। অদুন বংলগা ময়েক্ন ইরবসু ঐখোইগ খোন্থোক্ চানব ময়েক্ অদুতবু লৌগনী। মাগী ৱাচুম্ ইবন মীতৈলোন্গী চত্নবীদ ইগনী।

৪। সংস্কৃত্ - বংলগা ময়েক্ত স্বর্ তেন্ব সাঙ্ব লৈ, লোইনন অতৈ ব্যান্ জন্ ময়েক্কীন সোক্প থেঙব অমদী তক্নবদ মপুঙ্ ওই।

**খুদম্** :- স্র ময়েক্ অতেন্ব - অ, ই, উ, ঋ, (৪)
স্র ময়েক্ অসাঙ্ব - আ, ঈ, ঊ, এ, ঐ, ও, ঔ (৭)
অসোক্প ব্যান্জন্ ময়েক্ - ক দগী ম ফাউব ময়েক্ - (২৫)
মরক্ত লৈব ময়েক্ - য, র, ল, ৱ, (৪)
অসাব ময়েক্ - শ, ষ, স, হ (৪)
লৈয়েঙ্ কোক্ - ড়, ঢ় (২)

(ক) মীতৈলোন্ মীতৈ/ময়েক্ত নীঙসা তেন্ব সাঙ্ব খাইদে। খোন্থোক য়াঙ্ব অমদী লুম্থবদ মপুঙ্ ওই। খোন্থোক্ লুম্থন পীন্বগী মতাঙ্দ লুম্ (.) নম্ই হাইবদী মদু খংননব খুদম্ হাপ্ই। অতৈ খোন্থোক্কী চাঙ্ ওন্বগী মতাঙ্দসু ময়াম্ন খংনব খুদম্ হাপ্ই। খুদম্ হাপ্তব ময়েক্ অদু অচম্ব অয়াঙ্ব খোন্থোক্ থোক্ই।

**খুদম্ :-** খোন্থোক্ অয়াঙ্ব - ঙা চাব (ঙা ইসীঙ্দ চাদুন লৈব)
খোন্থোক্ অরুম্ব - ঙা চা.ব (ঙাদু চা.থোক্প)
(নম্লীব (.) বীন্দু অসী লুম্ কৌই)।

(খ) মীতৈলোন্গী চম্বদ সীজীন্নব ময়েক্ - অ, ই, উ, ক্, ল্, ম্, প্, ন্, ত্, ঙ্, মসীদ ইনুঙ্ঙয়েক অ, ই, উ নত্তন অতৈ ময়েক তরেত্ অসীগী মসক্ তোঙান্ থোঙান্ন লৈ। ময়েক্ ১০ অসীন চাম্ব য়াদব লোন্ অদু মীরোন্নী। মীতৈলোন্ ওইব য়াউরবদী মসাগী খোন্থোক্ থৈথখরব লোম্থখরব ওইগনী। অদুগুম্ব মতাঙ্ লাক্পদ চান চানবা মপুঙ্ ময়েক্ অদদ হাসন্তগুম্ব খুদম্ হাপ্ই।

(গ) চম্বদ সীজীন্নরোইদব ময়েক্- ঈ, য়, ঊ, ও, ৎ মঙা অসীনী মখোইগী মহুত্ ঈ, য় গী মহুত্ - ই, ঊ, ও গী মহুত্ - উ, ৎ গী মহুত্-ত্ ইগনী।

(ঘ) বংগলাগী মহুত্ সীন্ব ময়েক্-

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| মীতৈলোন্গী ৱাচুম্ ইবদ | - | ঈ, য়, | গী মহুত্ | - | ই | ইগনী |
| | - | ঊ, ও, | গী মহুত্ | - | উ | ইগনী |
| | - | ৎ | গী মহুত্ | - | ত্ | ইগনী |
| | - | শ, ষ, স | গী মহুত্ | - | স | ইগনী |
| | - | ঞ, ণ | গী মহুত্ | - | ন | ইগনী |
| | - | ড়, ঢ় | গী মহুত্ | - | র | ইগনী |
| | - | ক্ষ | গী মহুত্ | - | খ | ইগনী |
| | - | ট, ঠ ড, ঢ | গী মহুত | - | ত, থ, দ, ধ | ইগনী |

অসুম্ন বংগলা ময়েক্ন ৱাচুম্ ইবদা মীতৈলোন্গী খোন্থোক অদুগ চান চানব ময়েক্ অদুতবু খন্গত্তুন ইগনী। অতৈ মীরোন্গী ৱাচুম্ ইবদ খোন্থোক্ অদুমক্ য়ৌসীন্ব ঙম্দে হাইবগী মাতঙ্দদী খোন্থোক্ অদু হাইরপ্ তারগ লোইরে মদুমক্ কাচীন্ কোয়া য়ৌসীন্দব য়াদে হাইব লৈতে। অদুনবু লম লম্গী চত্নবী খোন্থোক লৈনরীবনী। মসি ময়াম্গী চত্নবীনী কাঙ্লুপ্ অমতগী ৱাফম্ নত্তে। ইংগরেজীগী খোন্থোক্ ইংলেন্দ অম, আমেরীকান অম, ভারত্ত অম অতৈ অতৈ খোন্থোক্ মান্নদব ময়াম্লৈ। হীন্দী লোন্ব কাঙবুন অমুক হেন্ন তোপ্ তোপ্প বনান্ লৈ।

**খুদম্ :-** এরিষ্টোটল্ অসী অরষ্টু হাইন ই
সোক্রেটিক্স অসী সুকরাট হাইনা ই অদুবু কনানসু লাল্লী চুম্মী হাইনদে মীগী চত্নবীনী।

## ময়েক্‌কী খোন্‌থোক্ লৌব :

ময়াম্‌গী ওইন ময়েক্ হাইব অসীগী মমীঙ্‌সীঙ অসী লোন্ লোন্‌গী ময়েক্ খেত্‌নবগী মতুঙ্ ইন্‌ন মমীঙ্‌সীঙ্ তোঙান্ তোঙান্ থোননৈ। অদুবু লোন্ অমগী ব্রাচুম্ ইব মতম্‌দদী মমীঙ্‌সীঙ্ অদুগী খোন্‌থোক্ অহৌ অহৌব অদুতগী খোন্‌থোক্ লৌগনী মমীঙ্ অপুম্বগী খোন্‌থোক্ লৌরোই। অদুন মমীঙ্ তোঙান্‌জরবসু খোন্‌থোক লৌবদদী চপ্ মান্‌নৈ।

খুদম :-

| লোন্ | ময়েক্ | মাগী মমীঙ্ | ব্রাচুম্‌গী খোনথোক্ |
|---|---|---|---|
| বংলগা | ক | কো | র্ক |
| নাগরী/হীন্দী | क | क | র্ক |
| ইংগরেজী | k | কে | র্ক |
| মীতৈ ময়েক্ | ক | কোক্ | র্ক |
| অরবী/উরদু | ک | কাফ্ | র্ক |
| বর্মীজ | က | কাজী | র্ক |

অসুম্‌ন ময়েক্‌কী মমীঙ্ তোঙান্ তোঙান্‌লবসু ব্রাচুম্ ইবগী খোন্‌থোক্‌তী অহৌব খোন্‌থোক্‌কী অহান্‌ব খোন্‌থোক্ মচেত্ মচেত্ অদুখক্‌তগী লৌই। হাইবদী কক্‌চেঙ হাইব অসীদ-কোক্‌চেঙ্, কেক্‌চেঙ্, কাফ্‌চেঙ্ অমদী কাজী চেঙ্ হাইন হাইরোই।

**খংগদব :-** মীতৈলোন্‌গীদী ময়েক্ অমদ চৈতপ্ অনী তপ্‌সীন্‌ব য়াদে। হাইবদী নুঙ্ (ং) অসী চৈতপ্‌নী অদুন করীগুম্বব চৈতপ্ অম তপ্‌খরব মতুঙ্‌দ (ং) অসী অমুক তপ্‌প তারবদী মাগী মহুত্ ওইন ঙ্ সীজীন্‌নগনী। অতৈদদী (ং) অদুম্ সীজীন্‌নগনী।

**খুদম্ :-** কোংব হাইব অসী কোঙ্‌ব হাইন ইগনী, অমসুং অসী অমসুঙ্ হাইন ইগনী।

## ময়েক্‌কী মতুং ইন্‌ন তোন-থা নৈনব :

মখাগী ময়েক্‌সীঙ্ অসীগী তোন-থা গী খুদম্ উত্‌লীব খর অসী য়েঙ্‌সী-

| **খোন্‌থোক্ অয়াঙ্‌ব** | **খোন্‌থোক্ অরুম্ব** | **খোন্‌থোক্ অয়াঙ্‌ব** | **খোন্‌থোক্ অরুম্ব** |
|---|---|---|---|
| কন্‌ব (নুঙ্‌সা কন্‌ব) | ক.ন্‌ব (পাঙ্‌গন্ কন্‌ব) | পাব (লাইরীক পাব) | পা.ব (পা.থব) |
| কম্ব (ময়াক্ কম্ব) | ক.ম্ব (হাত্‌প) | পাঙব (মতেঙ্ পাঙ্‌ব) | পা.ঙ্‌ব (মথৌ পা.ঙ্‌ব) |
| সম্ব (খুত্ সম্ব) | স.ম্ব (লম্বী স.ম্‌জীন্‌ব) | নম্ব (মনম্ নম্ব) | ন.ম্ব (ন.ম্‌সীন্‌ব) |
| সান্‌ব (পোত্ সান্‌ব) | সা.ন্‌ব (খুত্ সা.ন্‌ব) | নান্‌ব (খুত্‌ন নান্‌ব) | না.ন্‌ব (লম্বীনা.নব) |
| লাঙ্‌ব (মরাঙ্ মরাঙ্‌ব) | লা.ঙ্‌ব (নীন্ খোঙ্‌ব) | চাব (ইসীঙ্‌দ ঙা চাব) | চা.ব (চাক্ চা.ব) |
| লামব (খুত্ লাম্ব) | লা.ম্ব (চাক্ লা.ম্ব) | চুম্ব (খোইদব) | চু.মব (মরীক্ চু.ম্ব) |
| মাঙ্‌ব (অমাঙ্‌ব) | মা.ঙ্‌ব (পোত্ মা.ঙ্‌ব) | খনব (খুত্ খনব) | খ.ন্‌ব (অফব খ.ন্‌ব) |
| মুব (মচু মুব) | মু.ব (মচীন্ মু.ব) | খংব (খংপ্রেক খংব) | খ.ঙ্‌ব (খংজীনব) |

(অনীসুব তাঙ্কক্)

# ৱাপোক্লোন্ থীলেল্ (Etymology)

## য়াৱাগী মরমদ্ নৈনব -

মথক্ত খোন্থোক্ মচেত্ মচেত্কী মহুত্সীন্ব খুদম্ অদু ময়েক্নী হাইখরে। হাইরীব খোন্থোক্ মচেত্ মাচত্সীঙ্ অদু পুন্সীন্বদ মদুগী ৱাহন্থোক্ লৈরবদী মদুবু য়াৱা কৌই। অদুগ ৱাহন্থোক্ লৈতরবদী মদুবু য়াৱা কৌদে।

মদুদী : ফ + জ + ব = ফজব মসী ৱাহন্থোক্ লৈ অদুন য়াৱা অমনী।

ম + ফ + ক্ = মফক্ মসী ৱাহন্থোক্ লৈতে অদুন য়াৱা নত্তে।

ৱাহন্থোক্ লৈতবগী মরমদ লোন্চত্ পথাপ্ন নৈনদে।

য়াৱাবু ৱাহে হাইন খংনব চুম্দে, মরম্দী ৱাহে হাইবসী 'ৱা' অদু মহে য়াল্লব হাইবদী ৱাহন্থোক্ মপুঙ্ ফারব হাইবনী। ৱাহন্থোক্পু মপুঙ্ ফারবদী মদুবু ৱাহে পরেঙ্ কৌই। য়াৱা সেম্গত্ সাগতপগী থীলেল্ অদুবু ৱাপোক্লোন্ থীলেল্ কৌই।

## য়াৱাগী কাঙ্লুপ্ (Group of Words) :




অসেঙ্বব য়াৱা - মসান হান্নদগী লৈজরক্লব, করীগুম্বব তপ্সীন্বব অমদী নপ্সীন্নব য়াউদব য়াৱা অদুবু অসেঙ্বব য়াৱা কৌই। **মদুদী :-** মী, সা, তুরেন্ অসীনচীঙ্বব।

অসেম্ব য়াৱা - ৱাতপ্‌ চৈতপ্‌ অমদী ৱাতীন্নদুন অনৌব য়াৱা অম থোক্‌হনব, সেম্ব অদুবু অসেম্ব য়াৱা কৌই।

**মদুদী :-** ম-খুত্‌ = মখুত্‌, লম্‌ + অতোঙ্ব = লম্‌দোঙ্‌, নীঙ্‌থৌগী মচা = নীঙ্‌থৌমচা অসীনচীঙ্ব।

## (১) ৱাতপ্‌ (Affix) :

(১) ৱাতপ্‌ : য়াৱা অমগী মমাঙ্‌দ নত্‌তরগা মতুঙ্‌দ করীগুম্ব খর তপ্‌সীন-নপ্‌সীন্নদুন সেম্ব য়াৱা অদুবু ৱা অদু য়াৱাদ তপ্‌সীল্‌লী হাইদুন মদুবু ৱাতপ্‌ কৌই।

**মদুদী :-** ন-খুত্‌ =নখুত্‌, লাই-লেন্‌ = লাইলেন্‌ = লাইরেন্‌

## ৱাতপ্‌কী মখল্‌ (Kind of Affix) :




চত্‌-কদর = চত্‌কদর, ঙম্‌-সীন্ব = ঙম্‌সীন্ব

## মাঙ্‌তপ্‌ খর ( Prefix - য়াৱাগী মাঙ্‌দ তপ্‌প) :

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| অ-কন্ব | = | অকন্ব | অ-খাব | = | অখাব | অ-য়াক্‌প | = | অয়াক্‌প |
| ই-য়ুম্‌ | = | ইয়ুম্‌ | ই-মাই | = | ইমাই | ই-খোম্ব | - | ইখোম্ব |
| ন-খোঙ্‌ | = | নখোঙ্‌ | ন-য়ুম্‌ | = | নয়ুম্‌ | ন-চাক্‌ | = | নচাক্‌ |
| ম-কোই | = | মকোই | ম-য়ুম | = | ময়ুম্‌ | ম-তুঙ্‌ | = | মতুঙ্‌ |

## তুঙ্তপ্ খরা (Suffix - তুঙ্দ তপ্প) :

(ক) ৱারুতপ্ খর - মরু = Root ৱারুগী মতুঙ্দ তপ্প।
কদব, গদব, লব অমসু রব তপ্প :

কদব - চত্কদব, থত্কদব, পত্কদব, মত্কদব, সাত্কদব।
গদব - কাগদব, খাগদব, চম্গদব, ৱাইগদবা হান্গদব
লব - কম্লব, খাম্লব, তপ্লবা মল্লব, হাল্লব
রব - উরব, কারব, চাইরব, তারব, ফারব

## ৱাতপ্ অনী থোন্ব :

লক্কদব - কম্লক্কদব, খম্লক্কদব, তাল্লক্কদব, হল্লক্কদব
রক্কদব - কারক্কদব, চারক্কদব, পারক্কদব, হারক্কদব
লম্লব - কাল্লম্লব, চত্লম্লব, পাল্লম্লব, হল্লম্লব

## ৱা-তুঙ্তপ্ খর (Suffix) :

লেন্ - রেন - চাক্লেন, উন্লেন্, ফৌলেন্-ফৌরেন্, লাইলেন্ লাইরেন্, নীঙ্থৌলেন্ নীংথৌরেন্।
কুম্ব - গুম্ব - ঐহাক্কুম্ব = ঐগুম্ব, মহাক্কুম্ব = মাগুম্ব নহাক্কুম্ব = নংগুম্ব, নখোইগুম্ব মখোইগুম্ব।
লক্ - রক্ - অমুক্লক্ অনীরক্ অহুম্লক্- মরীরক্, তরুক্লক্ - তরেত্লক, নীপাল্লক্ - তরারক্।

## (২) খোন্তীননব (Combination of Sound) :

অহান্ব য়াৱাগী অরোইব খোন্থোক্ ময়েক্ অদুগ অকোন্ব য়াৱা অদুগী অহৌব খোন্থোক্ ময়েক্ অদুগ খোন্থোক্ চুঙ্সীন্নদুন তেন্সীন্নববু খোন্তীন্নব কৌই। মদুদী - মখোই = অদু = মখোইদু

## খোন্তীন্নবগী মখল্ (Kind of combination of sound) :



**ইনুঙ্য়েক মসেল্ তীন্নব খর (Combination of Vowels) :**

**মচা + অদু = মচাদু**
**মখোই + অদু = মখোইদু**
**ইনাউ + অতোম্ব = ইনাউতোম্ব**
**তাদ + অহন্ = তাদহন**
**মখোই + অনী=মখোইনী**
**ঐখোই + অনী = ঐখোইনী**

**ইনুঙ্য়েক্ অনী তীন্নবদ অকোন্বগী 'অ' অসী মাঙ্খী।**

**ইমাই + ইবুঙ্ঙো = ইমাইবুঙ্ঙো**
**ইচে + ইবেম্ম = ইচেবেম্ম**
**ইপল্ + ইবুঙ্ঙো = ইপলবুঙো**
**ইনে + ইবেম্ম = ইনেবেম্ম**
**ইপা + ইবুঙ্ঙো = ইপাবুঙ্ঙো**
**চাউব + ইবুঙ্াঙো = চাউবুঙ্ঙো**

**মরী-মতা খংনবগী মতাঙদ অকোনব য়াৱা মকোক্থংব ই অদু মাঙ্ই।**

খত্ন + ই = খত্নৈ
ওইজ + ই = ওইজৈ
পেন্জ + ই = পেন্জৈ
ফুন + ই = ফুনৈ
ঙম্জ + ই = ঙম্জৈ
ফান + ই = ফানৈ
কাইন +ই = কাইনৈ
পাম্জ +ই = পামজৈ
কাইন +ই - হাইজৈ

অহান্ব যাৱাগী অবোইব খোন্থোক্ত য়াউব 'অ' অদুগ অকোন্ব যাৱাগী অহৌব ই অনীদুন চৈতপ্ ওল্লী।

**<u>নৈননীঙাই ওইব খোন্তীন্ খরা</u> :-১**

ৱা + অচৌব = ৱাচৌব
চীঙ্ + অচৌব = চীঙচৌব
ফী + অসাঙ্ব = ফিসাঙব্
উ + অচৌব – উচৌব
মী + অচৌবা = মীচৌব
চু + অসাঙ্ব = চুসাঙ্ব
লৈ + অপাক্প = লৈপাক্প
পাত্ + অচৌব = পাত্চৌব
উ + অকংব = উকংব

**<u>নৈননীঙাই ওইব খোন্তীন্ খর</u> :-২**

**ৱা + অচৌব = ৱাজাউ**
**চীঙ + অচৌবা = চিঙজাউ**
**ফী + অসাঙ্ব = ফীসাঙ**
**উ + অচৌব = উজাউ**
**মী + অচৌব = মীজাউ**
**চু + অসাঙব্ = চুসাঙ্**
**লৈ + অপাক্প = লৈপাক্**
**পাত্ + অচৌবা = চাত্চাউ**
**উ + অকংব = উকং**

মথক্কী অনী অসী করম্বন অচুম্বনো হাইব তারবদী অহান্বগী অসীন ময়েক্ তীন্নবগী মওং চুমলবসু তীন্নরীব য়ৱাসীঙ্ অসী হাইনদে, চৎত্নদে অদুন চুম্দে। অকোন্বগী য়ৱাসীঙ্ অসীদী চত্নরীব অচুম্ব ওই অদুবু ময়েক্ খোন্থোক্ তীন্নবগী মওংদী চুম্দে, মরম্সীঙ্ অসীন অনীমক্ লাল্লী। লান্নবগী মরম্দী মথক্কী কাঙ্লুপ্কী অনীমক্কী য়াৱাসীঙ্ অসী খোন্তীননব (সন্ধী) গী য়ৱাসীঙ্ নত্তে ৱাতীন্নব (সমাসীক্) ওইব য়াৱা সীঙ্ ঙাক্তনী। অনীমক্ য়ৱা তীন্নব ঙাক্তনী অদুবু করম্ করম্ন তীন্নবনো করম্ করম্ন খাইদোক্কনী হাইব অদু খংদব য়াদে।

মথক্তসু হাইখরে খোন্তীন্নব (সন্ধী) দী অহান্ব য়াৱাগী মমৈগ + অকোন্ব য়াৱাগী অহৌবগ তাইনবগী উতাই সেম্ব মওংনী। থংনদব লোন্নদব ময়েক্সীঙ্ লাম্সীন্দুন মযেক্ ওন্থোক্প, লৌথোক্প য়াদে। ৱাতীন্নবগী মওংদী মখাদ নৈনরী।

অসীগুম্ব ভাউনবগী মওং কয়াসী লাইরীক্ত তম্বীবদ অমদী মহৈরোইসীঙ্দ লোইনন চাঙ্য়েঙ্ পরীখাগী ৱাহংদ মমী তাই। অসুক্ মরুওইব মীতৈলোন্ মনীপুরী অসীবু অরাইব Subject নী হাইদুন কয়া থৌওইনদবগী মওং অসী লাইবক্ থীবনী। মতাঙ্ অসীদ খোন্তীন্নব অমদী ৱাতীন্নবগী খেত্নব অদু খংবগী তঙাইফদব লৈ। চাঙ্য়েঙ্ (পরীখা)গী ৱাহং সীঙ্দ লাল্হন্ব চুমদে।

খুন্ + তাঙ্ব = খুন্তাঙ্ব -খুন্দাঙ্ব　　　　লন্ + তান্ব = লন্তান্ব - লন্দান্ব
য়ুম্ + তাঙ্ব = য়ুম্তাঙব -য়ুম্দাঙ্ব　　　　লন্ + তান্ব = লন্তান্ব - লন্দান্ব

ন, ম গী মখাদ লাক্প 'ত' গী খোন্থোক্ 'দ' ওন্থোক্ই, ত অদুম্ থম্লবদী ৱাহন্থোক্ ফজন লৈ, দ ওন্খরবদী ৱাহন্থোক্ মাঙ্ই অদুবু চত্নবদী অদুম্ চত্নৈ। মসীমক্তী 'ত' গী খোংথোক্ অদু 'দ' ওইন লোমথরক্পনী খোন্থোক্ নুঙাইবগী মওংনী।

থত্ + চব = থত্চব - (থচচব)　　　　হাত্ + চব = হাত্চব - (হাচচব)
কত্ + চব = কত্চব - (কচচব)　　　　লাত্ + চব = লাত্চব - (লাচচব)
চত্ + চব = চত্চব [illegible]　　　　হুত্ + চব = হুত্চব - (হুচচব)

[illegible] ত্ গা মখাদ 'চ' লাক্লবদী ত গী মহুত্ত চ ওন্ব মওঙ্ অসী সংসকৃত্কী মতৌ তম্বনী ওন্ফম্ থোক্তে।

থক্ + সীন্ব =থক্চীনব　　　　ফম্ + সীন্ব = ফম্জীন্ব
খাই + সীন্ব =খাইজীন্ব　　　　ফক্ + সীন্ব = ফক্চীন্ব
ফু + সীন্ব =ফুজীন্ব　　　　সম্ + সীন্ব = সম্জীন্ব

সীন্ব হাইব ৱাতপ্কী 'স' অসী 'চ' নত্তরগ 'জ' ওন্দুন তীন্সীন্নৈ। 'জ' অসী অরীব খোন্থোক্কী 'চ' দগী লোম্থবক্প অনৌব খোন্থোক্নী। লোন্ন লেপ্তুন লৈতবন খোংথোক্কী মতাঙ্দসু লোম্থবকই।

## ৱাতীন্নব (Compound word) :

করীগুম্বা য়াৱা অনী নতরগ অনীদগী হেন্ব য়াৱাসীঙ্ অদুন মাগী মাগী মবীলৈনব চৈতপ্, ৱাতাই, ৱাপুন্নচীঙ্ববু থাদোক্লগ য়াৱা মসেল পক্সীন্নদুন তীন্নববু ৱাতীন্নব কৌই।

খুদম্ : জাত্তগী তারব = জাত্তাব
　　　　চীঙ্দ লৈব মী = চীঙ্মী
　　　　উদ তাঙ্বী = উতাঙ্বী

**<u>নীঙ্সীঙ্গদব</u> :-**

(ক) খোন্তীন্নব - অহান্ব য়াৱাগী মমৈথংব ময়েক্ - অকোন্বগী মকোক্থংব ময়েক্ তাইনব, ময়াই নত্তব অতৈগী ময়েক্ সোক্তব লাম্সীন্দব খোন্থোক্ নুঙাইন তেন্সীন্বদ মপুঙ্ ওইব।

মথক্‌কী অসীদ উদ + তাঙ্‌বী = উতাঙ্‌বী হায়রীব ৱাফম্‌ অসী খোন্‌তীন্‌নবগ হাইরপ্‌ মান্‌নৈ অদুবু 'দ' হাইবসী ৱাতাইনী, 'দ'- গা 'ত' গা তীন্‌নব নত্‌তে। ৱাতাই মাঙ্‌ব মরম্‌ন ৱাতীন্‌নব ওইরীবনী।

(খ) ৱাতীন্‌নব - চৈতপ্‌ ৱাতাই, ৱাপুন্‌গুম্‌ব মাঙ্‌দুন তেন্‌ন চানব য়াবা অমন মহুত্‌ সীন্‌বনী খোন্‌থোক্‌ খাইদোক্‌ন হাইবদ চৈতপ্‌ ৱাতাই অমদী ৱাপুন্‌গুম্‌ব হাপ্‌পগী মথৌ লাক্‌প ওইগনী। তীন্‌নরীবদু ৱাহন্‌থোক্‌ ফজন পীব য়াৱা অম ওইগদবনী '
মথক্‌কী (ক) (খ) অনী অসীদ হাইরীব পান্‌দম সীঙ্‌ অসীন য়ুম্‌ফম্‌ ওইদুন খোন্‌তীংনব অমদী ৱাতীন্‌নবগী মসক্‌ লেপকনী।

## ৱাতীন্‌নবগী মখল্‌ (Kind of compound word) :




## (১) হোঙ্‌দব য়াৱাগ তীন্‌নব ৱাতীন্‌ (Adverbical Compound) :

পক্‌নরীব য়াৱা অনী অদুগী মনুঙদ হোঙব লৈতব য়াৱা অম য়াউব ৱাতীন্‌, অদুবু হোঙ্‌দব য়াৱাগ তীন্‌নব ৱাতীন্‌ কৌই। **মদুদী :-** চহী - খুদীঙ্‌, ঙম্‌ব-মখৈ

**খুদম্‌ খর :-**

| | | |
|---|---|---|
| পুঙ্‌জা পুঙ্‌জা খুদীঙ্‌গী | = | পুঙ্‌জা খুদীঙ |
| থৌদোক্‌ থৌথোক্‌ খুদীঙ্‌গী | = | থৌদোক্‌ খুদীঙ্‌ |
| হেক্‌ উরীব মখৈ | = | উরী মখৈ |
| হেক্‌ সীরব ফাউব | = | সীর ফাউব |
| হীঙ্‌দুন লৈরীব ফাউব | = | হীঙ্‌লী ফাউব |

## (২) নাক্ময়েত্ মরুওইব ৱাত্নীন্ (Compilative Compound) :

পক্নরীব য়াৱা অনী অদুমক্ চাঙ্ মান্নন মরু ওইব ৱাতীন্ অদুবু নাক্ময়েত্ মরুওইব ৱাতীন, কৌই।

**মদুদী :-** ইমা অমসু ইপা = ইমা-ইপা     খম্ব অমসু নোঙ্বান = খম্ব-নোঙ্বান

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| **খুদম্ খর:-** | নুপা অমসু নুপী | =নুপা - নুপী | লাব অমসু অমোম্ | = লাব-অমোম্ |
| | মচা অমসু মসু | =মচা মসু | ফৌ অমসু চেঙ্ | = ফৌ চেঙ |
| | লৈসাবী অমসু পাখং | =লৈ সা-পাখং | হোঙ্ব অমসু হোঙ্বী | = হোঙব-হোঙ্বী |

## (৩) অপান্নব অমবু তাক্প ৱাতীন্ (Determinative compound) :

পক্নরীব য়াৱা অনীদুন অপান্নব অমবু তাক্প ৱাতীন্ অদুবু অপান্নব অমবু তাক্প ৱাতীন্ কৌই।

**মদুদী :-** চীঙ্দ লৈব মী = চীঙ্মী, য়ুম্গী মপু = য়ুম্বু।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| **খুদম্ খর:-** | ঙাবু ফারীব মী | =ঙাফাব | তম্দ লৈব মী | = | তম্মী |
| | য়ুম্বু সাব মী | =য়ুম সাব | জাত্তগী তারব | = | জাত্তাব |
| | সন্গী সং | =স নসং | (সন্গীদমক্ত সঙ্ | = | সন্সং) |
| | য়ুম্গী মপু | =য়ুম বু | লৌগী মপু | = | লৌপু |
| | ঘীগী মথী | =ঘীথী | সংগোম্গী মপাল্ | = | সংগোম্মপান্। |

## (৪) মীঙ্থোল্গ তীন্নব ৱাতীন্ (Appositional Compound) :

মীঙ্থোল্ তাক্প য়াৱা অমগ তীন্নব ৱাতীন্ অদুবু মীঙ্থোল্গ তীন্নব ৱাতীন্ কৌই।

**মদুদী :-** থম্বান্ মান্ব মাইথোঙ্ = মাইথোঙ্ থম্বাল।

| | | | |
|---|---|---|---|
| **খুদম্ খর :-** | চোইন চোইন তারব সম্লাঙ্ | = | চোইজাইনব সম্লাঙ্ |
| | মোত্লব মনজুনরব ফী | = | মনজুনব ফী |
| | চোইন চোইন তারবী লৈরাঙ্ | = | চোইজাইনবী লৈরাঙ্ |
| | খোঙগুল্লক্ত তারবী লৈরাঙ্ | = | খোঙ্গুল্লক্কী লৈরাঙ্ |
| | ফৈরা থক্ত তোঙ্লীব উচেক্ | = | ফৈরাথক্কী উচেক |

## (৫) মসীঙ্ খংনবা য়াৱাগ তীন্নব ৱাতীন্ (Numerical Compound) :

মসীঙ্ খনব য়াৱা অমগ তীন্নব ৱাতীন্ অদুবু মসীঙ্ খংনবগ তীন্নব ৱাতীন্ কৌই।

**মদুদী :-** তরেত্-তরেত্ন সাব খুত্ = তরেত্ খুত্।

**খুদম্‌ শরু :**

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| চাম চাম থীব মঙা | = | চাম্‌ঙা | মী মঙাগী খোঙ্‌চত্‌ | = | মঙাখোঙ্‌চত্‌ |
| মরোল্‌ মরোল্‌ অহুমখ | = | মরোল্‌ অহুম্‌ | নুমীত্‌ মসীঙ্‌ তরেত্‌ | = | নুমীত্‌ তরেত্‌ |
| মী মপোত্‌ তরেত্‌ | = | মীপোত্‌ তরেত্‌ | পানা মসীঙ্‌ তরেত্‌ | = | পানা তরেত্‌ |
| থাঙ্‌জ মসীঙ্‌ তরেত্‌ | = | থাঙ্‌জ তরেত্‌ | | | |
| মচীল্‌ মাপল্‌ ফাঙ্‌ব লোঙ্‌ | = | লোঙ্‌সা মাপল্‌ | | | |

## (৬) তোঙান্‌ব অমবু খংহন্‌ব ৱাতীন্‌ (Relative compound) :

পক্‌নরীব য়াৱা অনীমক্কী ৱাহন্‌ লৌদন অতোপ্‌প অমবু খংনব ৱাতীন্‌ অদুবু তোঙান্‌ব অমবু খংহন্‌ব ৱাতীন্‌ কৌই। **মদুদী :-** উদ তুব (হক্‌প) উচেক্‌ = উতুবী

**খুদম্‌ শর:-**

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| উদ তাঙ্‌দুন হৌব পাব্‌বী | =উতাঙ্‌বী | ঙা লাক্‌প উচেক | = | ঙাবাক্‌পী |
| চীঙ্‌ মনুঙ্‌দ হুত্‌প | =চীঙ্‌নুঙ্‌হুত | লৈপাক্‌ ময়াম্‌ কীন্‌থব | = | লৈকীন্‌থবী |
| থোঙ্‌ ঙাক্‌প লাই | =থোঙ ারেন্‌ | চেক্‌ চেক্‌ খোঙ্‌ব উচেক্‌ | = | উক্‌লাউবী |
| অতোঙ্‌ব লম্‌=লমতোঙ্‌ | - লম্‌দোঙ্‌ | অমুব লাই | = | লাইমু |
| কাচীন্‌দ লৈব লাই | =কাচীন্‌ লাই | মখোঙ্‌ নেম্‌ব হৈনৌ | = | হৈনৌ খোঙ্‌নেম্‌বী |

## য়াৱাগী মখল্‌ (Parts of Speech) :




(১) **মীঙ্‌তাঙ্‌** = Noun = বীসেস্য = সংগ্যা ঃ
করীগুম্‌ব মমীঙ্‌ অমবু তাক্‌প য়াৱা অদুবু মীঙ্‌বু তাক্‌প মীঙ্‌তাক্‌ কৌই
**মদুদী :-** ইবোহল্‌, সংগোম্‌, লোক্‌তাক্‌।

(২) **মীঙ্‌হুত্‌** = Pronoun = সর্‌বনাম্‌
মীঙ্‌তাক, অমগী মহুত, সীনদুন সীজীন্‌নরীব য়া ৱা অদুবু মীঙ্‌তাক্‌কী মহুত্‌ সীন্‌ব মীঙ্‌হুত্‌ কৌই।
**মদুদী :-** ঐ, নং, মা, মখোই অসীনচীঙ্‌ব

(৩) **মীঙ্থোল্** = Adjective = বীসেসন্
করীগুম্ব মীঙ্তাক্ অমগী মীঙথোল্ ফৈ ফত্তে, কল্লী-কন্দে তাক্প য়াৱা অদুবু মীঙ্থোল্ কৌই।
**মদুদী :-** ফজব, অথীব, অক্নব অসীনচীঙ্ব।

(৪) **থৌতাক্** = Verb = ক্রীয়া :
করীগুম্ব অম তৌই-তৌদে, ওই-ওইদে হাইব থৌ অদুবু তাক্প য়াৱা অদুবু থৌবু তাক্প থৌতাক্ কৌই।
**মদুদী :-** ঐ চাক্ চাই, নং চত্তে, মা হল্লক্লে অসীনচীঙ্ব

(৫) **থৌওঙ্ তাক্প** = Adverb = ক্রীয়া বীসেসন :
করীগুম্ব থৌতাক্ অদুন তৌরীব থবক্ অদু করম্ন তৌরীবনো হাইবগী, তৌরীব থৌ অদুগী মওঙ্ তাক্প য়াৱা অদুবু থৌওংতাক্প য়াৱা কৌই।
**মদুদী :-** তপ্ন-তপ্ন চত্লী, থুন চেন্খরে, তোম্ব চাক্ হাউন চারী।

(৬) **ৱাতাই** = Preposition = সম্বন্ধবোধক্ :
করীগুম্ব য়াৱা অনীগী মরী তাক্তুন তাইসীন্নরীব ৱাবু তাইসীন্নরীব য়াৱা অদুবু ৱাতাই কৌই।
**মদুদী :-** তোম্ব য়ুম্গী কচিনদ্ লোত্লী, পুখরী মপানদ্ লৈ সাত্লী।

(৭) **ৱাপুন্** = Conjunction = সমুচই বোধক্ :
করীগুম্ব য়াৱাগ নত্তরগ ৱাহে পরেঙ্গ ৱাহে পরেঙ্গ অনীবু পুন্সীন্নরীব ৱা অনীবু পুন্সীল্লীব ৱাহে অদুবু ৱাপুন্ কৌই।
**মদুদী :-** চাউব অমসু তোম্ব চত্লী, য়াইম চত্খরে অদুগ তোম্ব লাকলে অসীনচীঙ্ব

(৮) **নুঙ্ফোঙ** = Interjection = বীসম্যাদীবোধক্ :
করীগুম্ব পুক্নীঙ্গী ইহুল্ নুঙ্গী ৱা অদুবু হরাউন, ঙক্ন অমদী কীনা ফোঙ্দোক্লীব য়াৱা অদুবু নুঙ্গী ৱা ফোঙ্দোক্প নুঙ্ফোঙ্ কৌই।
**মদুদী :-** ওঃ, ইহে !, ওহো!, অদুনীদনা!

## মীঙ্তাক্কী মখল্ (Kind of Noun) :



## মীঙ্ক্তহুত্কী মখল্ (Kind of Pronoun) :




## মীঙ্থোল্গী মখল্ (Kind of Adjective) :




**খংগদব** - মীঙ্থোল্ হাইব অসী অফবসু মীঙ্থোল্নী, ফত্তবসু মীঙ্থোল্নী মসীঙ্ খংনব, চাঙ্ খংনবনচীঙ্ব মীঙ্তাক্কী মরম্দ হাইরীব অদুবুনী।

## থৌতাক্‌কী মখল্ (Kind of Verb) :

(১) থৌ য়াউব থৌতাক্
Transitive Verb
তোম্ব চাক্ <u>চাই</u>।

(২) থৌ য়াউদব থৌতাক্
Intransitive Verb
তোম্বী <u>নোক্‌ই</u>।

## থৌওঙ্ তাক্‌পগী মখল্ (Kind of Adverb) :

(১) মতম্ খংনব
Adverb of Time
ঙসী, ঙরাঙ,

(২) মফম্ খংনব
Adverb of Place
অসীদ, অদুদ

(৩) চত্‌ন মওঙ্ খংনব
Adverb of Manner
তপ্‌ন ফজন, ইংন

(৪) চাঙ্ খংনব
Adverb of Quantity
য়াম্‌ন, তোইন।

## মীঙ্‌তাক্‌কী পা-পী (Gender) :

মীঙ্‌তাক্ অদু নুপানী 'পা' নী, নুপীনী 'পী' নী নত্‌তরগ পা-পী অপুনব্‌নী অমদী পা-পী, খাইদে হাইব তাক্‌প অদুবু মীঙ্‌তাক্‌কী পা-পী হাইন কৌই। **মদুদী :-** চাউব হাইবসী নুপানী 'পা' নী, চাউবী হাইবসী নুপীনী 'পী' নী, অঙাঙ্ হাইবসী পা-পী অপুন্‌বনী, ফী হাইবসী পা-পী খাইদে।

## মীঙ্‌তাক্‌কী পা-পী (Gender) :

(১) পা(নুপা)
Masculin Gender
চাউব, য়েম্বা

(২) পী (নুপী)
Feminine Gender
চাউবী, য়েম্বী

(৩) পা-পী অপুন্‌ব
Common Gender
অঙাঙ্ অহল্,

(৪) পা-পী খাইদব
Neuter Gener
ফী, লাইরীক্

## পা-পীগী পুঙ্বা :

থৱাই পান্ব কাঙ্বুগীদী পা-পীগী পুঙ্বা লৈ। অতে থৱাই পান্দবসীঙ্গীদী পা-পাগী পুঙ্বা খাইদে।

| পা | - | পী | পা | - | পী |
|---|---|---|---|---|---|
| চাউব | - | চাউবী | তোম্ব | - | তোম্বী |
| সনাসাব | - | সনাসাবী | মাইব | - | মাইবী |
| হাউনুব | - | হাউনুবী | থোইব | - | থোইবী/থোইনু |
| অতোম্ব | - | অতোম্বী | হোঙ্ব | - | হোঙ্বী |
| অমুব | - | অমুবী | কারুব | - | কারুবী |
| লাইসব | - | লাইসবী | য়েম্বা | - | য়েম্বী |
| ইচানুপা | - | ইচানুপী | চীঙ্নুপা | - | চীঙ্নুপী |

চৈতপ্ য়াউদব নত্তরগা আতপ্ন লোম্ব পা খংনবা খরদী বী, পী তপ্সীনদুন পী সেম্ই।

| পা | - | পী | পা | - | পী |
|---|---|---|---|---|---|
| ইপা | - | ইমা | মবুঙ্ | - | মচে |
| ইপল্ | - | ইম্হান্ | ইমান্ | - | ইনে |
| ইয়াম্ব | - | ইচে | ইনাউ | - | ইচল্ |
| খম্ব | - | খম্নু | পুরেম্ব | - | পুবেম্বী |

মীঙ্গৌ-থাগৌ অমদী মরী মতাসীঙ্গীদী থাক্ মান্নব য়েঙ্দুন পুঙবা সেম্ই। পুঙ্বা অসী মতৈ-মনাউ তাব য়াউবগী ৱাতনী, থাক মান্নব য়েঙ্বনী মতৈ মনাউনী ৱাফম্ লৈতে।

| পা | - | পী | পা | - | পী |
|---|---|---|---|---|---|
| সন্লাব | - | সন্অমোম্ | খুনু লাব | - | খুনু অমোম্ |
| হুই লাব | - | হুই অমোম্ | চোঙা লাব | - | চোঙা অমোম্ |
| কৈ লাব | - | কৈ অমোম্ | য়েন্লাব | - | য়েন্ অমোম্ |
| সন্ লাম্চা | - | সন্ হাতম্ | য়েম্বা | - | য়েম্বী |

সা-উচেক্সীঙ্গীদী পা খংনবদ লাব, পী খংনবদ অমোম্ তপ্তুন পুঙ্বা সেম্ই। করিগুম্বদ লাম্চাগীদী হাতম্ য়েম্বাগীদী য়েম্বী হাইনসু পুঙবা সেম্ই।

| পা | - | পী | পা | | পী |
|---|---|---|---|---|---|
| অৱাথবী লাব | - | (অৱাথবী অমোম্) | উরৈরোম্ব লা | - | (উরৈরোম্ অমোম) |
| য়োঙ্চাক্ লাব | - | (য়োঙ্চাক্ অমোম্) | মংগে লাব | - | (মংগে অমোম্) |

উপাল-ৱাপাল্সীঙ্গীদী মহৈ য়ানবা কাঙবুসীঙ্তগী পা-পী খাই। মহৈ য়ান্দবমখৈন লাব হাসরগ মহৈ য়ান্বমখৈন অমোম্ হাইদুন পা-পীগী পুঙ্বা সেম্ই। অদুবু অমোম্ হাইবসীদী কয়া চত্নদে।

পোত্-চৈ থৱাই পান্দবসীঙ্গীদী পা-পীগী পুঙ্বা খাইদে।

## মীঙ্তাক্ অমসু মীঙহুত্কী মসীঙ্ (Number) :

লোন্ খরগী মতৌ তম্দুন মীতৈলোন্গী মীঙ্তাক্ অমসুং মীঙ্হুত্কী মসীঙ্ অসী অম খংনব অম্ অমদগী হেল্লবদী ময়াম্নী হাইদুন চত্নরী। তসেঙ্ববদী অনী খংনবা অসী পোপানী, লম্বানী মরম্ অসীন অনী খংনব অসী ময়াম্ চীঙ্দে অনীদগী হেল্লবদী ময়াম্ চীঙ্ই।

## মীঙ্তাক্ অমসু মীঙ্হুত্কী মসীঙ্ (Number) :

| (১) | (২) | (৩) |
|---|---|---|
| অম খংনব | অনী খংনব (পোপা) | ময়াম্ খংনব |
| Singular Number | Dual Number | Plural Number |
| অঙাঙ্ অম, ঐ, নং | অঙাঙ, অনী, ইবানী, ঐখোইনী | অঙাঙ্ ময়াম্/অঙাঙ্সীঙ্, ঐখোই ময়াম্, নখোইসীঙ্ |

**মীঙ্তাক্কী মসীঙ্ :**

| (১) | (২) | (৩) |
|---|---|---|
| **অম খংনব** | **অনী খংনব/পোপা** | **ময়াম্ খংনব** |
| মী অম | মী অনী | মীয়াম, মীসীঙ |
| য়েন্বা অমা | য়েনবা অনী | য়েন্বা ময়াম, য়েন্বাসীঙ্ |
| লাইরীক্ অম | লাইরীক্ অনী | লাইরীক্ ময়াম, লাইরীকসীঙ্ |

**মীঙ্হুত্কী মসীঙ্ :**

| (১) | (২) | (৩) |
|---|---|---|
| **অম খংনব** | **অনী খংনব / পোৎপা** | **ময়াম্ খংনব** |
| ঐ | ঐখোইনী / ইবানী | ঐখোই ময়াম্ / ঐখোইসীঙ্ |
| নং | নখোইনী / নবানী | নখোই ময়াম্ / নখোইসীঙ্ |
| মা | মখোইনী / মবানী | মখোই ময়াম্ / মখোইসীঙ্ |
| ইতোম্ত | ইবানী | ঐখোই ময়াম্ |

মী অনী হাইবদা কনানসু ময়াম্ ওইন খনদে, ঐখোইনী, ইবানী, নখোইনী, মবানী হাইবসী পোপাগী মওঙ্নী অদুন অনী খংনবা অম লৈফম্ থোকই। অসুমন মীঙ্তাক্ অমসু মীঙ্হুত্কী মসীঙ্ অসী অহুম্সুই সংস্কৃত্তসু একবচন্ দ্বীবচন্ অমসুং বহুবচন্ হাইন অহুম্ সুই।

## না-পু তাক্প (Case) :

মীঙ্তাক নত্তরগ মীঙহত্কী মরী ঐননী, মাননী মখোইবুনী হাইবনচীঙ্ব না-পু অদু মীঙ্তাক্ নত্তবগ মীঙহত্ অমগ মরী লৈনব তাক্প অদুবু মীঙ্তাক্ অমদী মীঙহত্কী না-পু তাক্প কৌই।
**মদুদী :-** মপান্(না) মচাবু সীঙ্নবগীদমক্ চৈন(না) ফুই।
কনান ফুবনো ? মপাননী, কনাবুনো ফুরীববু ? মচাবুনী, করীগী ফুরীবনো ? সীঙ্নবগীদমক্, করীনা ফুরীবা ? চৈন ফুরীবনী। অসুম্ন না-পু তাক্ই।

## না-পু তাক্পগী মখল্ :

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| (১) | থৌবুগী মরী | ন/না | Nominative Case | চাউবন(না) হাই। |
| (২) | থৌগী মরী | বু/পু | Objective Case | তোম্ববু ফুই। |
| (৩) | খুত্লাইগী মরী | ন-না | Instrumental Case | থাঙ্গন থবী খোক্ই। |
| (৪) | ইসাগী (ওইবগী) মরী | গী-দমক্ | Dative Case | ইনাউগীদমক্ খাক্ই। |
| (৫) | লৌথোক্পগী মরী | দগী-তগী | Ablative Case | চেঙ্ফুদগী লৌথোক্পনী। |
| (৬) | মীদুগী মরী | গী-কী | Possassive Case | মাগী/মহাক্কী পোত্নী। |
| (৭) | মফম্গী মরী | দা-তা | Locative Case | ইমুঙ্দ(দা) মী লৈ। ফান্ মথক্ত থম্মু। |

## থৌতাক্কী মতম্ (Tense) :

চুম্নগী মতম্ হাইরবদী অয়ুক, নুঙ্থীল, নুমীদাঙ্গী ৱাফম্ লাক্ই। থৌতাক্কী মতম্ হাইবসীদী তৌরিব থবক্ অদু হৌজিক্ হৌজিক্ তৌরী, তৌব লোইখরে, কোন্ন নত্তরগ তুঙ্দ তৌগনী হাইব অদু তাক্ই।



**মতম্গী মওঙ্ তাক্পা :**

| মতম্ | ইচম্ চম্বা | মপুঙ্ ফাদরীবা | মপুঙ্ ফারবা |
|---|---|---|---|
| হৌজীক্ ওইরীবা মতম্ | ঐ চত্লী | ঐ চত্তুনা লৈরী | ঐ চত্খ্রে |
| হৌখ্রবা মতম্ | ঐ চত্লে | ঐ চত্লম্মি | ঐ চত্খী |
| তুঙ্দা ওইরক্কদবা মতম্ | ঐ চত্কনী | ঐ চত্খীগনী | ঐ চত্পা ওম্খীনী |

## য়াৱা চবুন্ অমসু মখাপোন্বা ৱারেঙ্ (Phrases and Clauses) :

য়াৱা চবুন :- ৱাহৈ পরেঙ্দী ওইদবা করীগুম্বা য়াৱা খরা পুন্সীল্লগা পুন্সীল্লীবা য়াৱাসীঙ্ অদুনা য়াৱা মখল্ অমগুম্ থবক্ তৌরবদী মদুবু য়াৱা চবুন্ কৌই। **মদুদী :-** মুল্লবা উহৈ অম কেল্লে।

## য়াৱা চবুন্গী মখল্ (Kind of Phrases) :

| (১) | (২) | (৩) |
|---|---|---|
| মীঙ্তাক্কী থবক্ তৌবা | মীঙ্থোল্ তাক্পগী থবক্ তৌবা | থৌওঙ্ তাক্পগী থবক্ তৌবা |
| (Noun Phrase) | (Adjective Phrase) | (Adverb Phrase) |
| পুক্চেল্, সেঙ্বা হাইবসী অফবা মীগী সাজত্নী। | মহাক্না ইরম্বা লাইরীক্ মদু অসীনী। | তপ্না-তপ্না চীক্না চত্লীবসী কনানো ? |

## (১) মীঙ্তাক্কী থবক্ তৌবা (Noun Phrase) :

য়াৱা চবুন্ অদুনা ৱাহৈ পরেঙ্ অমদা মীঙ্তাক্ অমগুম্ সীজীনন্ববদী মদুবু মীঙ্তাক্কী থবক্ তৌবা য়াৱা চবুন্ কৌই।

**মদুদী :-** অচুম্বা ঙাঙ্বসী মীওইবগী য়াইফবনী।
নুপাদুগী মসক্ মতৌ সাওঙ্-সদা ঐ লোইনা খংই।
লমজেল্ থোইবা অঙাঙ্দা মনা অসী পীবীয়ু।

## (২) মীঙ্থোন্গী থবক্ তৌবা (Adjective Phrase) :

য়াৱা চবুন্ অদুনা ৱাহৈ পরেঙ্ অমদা মীঙ্তাক্ অমগী মীঙথোন্গী থবক্ তৌরবদী মদুবু মীঙ্থোন্ তাক্পগী থবক্ তৌবা য়াৱা চবুন্ কৌই।

**মদুদী :-** মতম্ কুইনা মাঙ্লুরবা হুই অদু অসীনী।
মহাক্না নীতীগী তোঙ্লীবা সাইকল্, অদু অসীনী।
ফজ-ফজবা, মচু মচুগী লৈরাঙ্সীঙ্ লৈকোন্দা সাত্লী।

## (৩) থৌওঙ্ তাক্পগী মথবক্ তৌব (Adverb Pharase) :

য়াৱা চবুন্ অদুন ৱাহৈ পরেঙ্ অমদ থৌতাক্ অদুন তৌরীব থবক্অদুগী থৌওঙ্ তাক্পগী থবক্ তৌরবদী মদুবু থৌওঙ্ তাক্পগী থবক্ তৌব য়াৱা চবুন্ কৌই।

**মদুদী :-** লুখোইন লাঙগোল্ চীঙ্গী চীঙথক্‌ত কাখত্‌লম্‌ই।
হীদাক্ অসী পুঙ্ অহুম্ কান্নরগ পীজবীয়ু।
মালংবন তপ্‌ন তপ্‌ন লীরী-লীরী সীত্‌লক্‌লে।

## মখাপোন্‌ব ৱারেঙ্ (Clause) :

মখাপোন্‌ব ৱারেঙ্ : থৌবু অমসু থৌতাক্ য়াউব ৱারেঙ্চা অমন অচৌব ৱাহৈ পরেঙ্ অমগী সরুক্ ওইন লৈববদী মদুবু মখাপোন্‌ব ৱারেঙ্ কৌই।

**মদুদী :-** ঐখোইদ ঙরাঙ্ লাকলম্‌ই হাইব নুপা অদু অসীনী।
**(তেঙ্‌বাঙ্‌ব)** **(মরুওইবা)**

## মখাপোন্‌ব ৱারেঙ্গী মখল্ (Kind of clause) :



## (১) মীঙ্‌তাক্‌কী থবক্ তৌব (Noun Clause) :

মখাপোন্‌ব ৱারেঙ্ অদুন করীগুম্‌ব মীঙ্‌তাক্ অমগুম্ লৈরবদী মদুবু মীঙ্‌তাক্‌কী থবক্ তৌব কৌই।

**মদুদী :-** মীবু অমাঙ্‌বনী হাইব ৱাফম্‌সী গান্ধীন য়ারম্‌দে।
য়াইম হোজাইদ চত্‌খীব অদু নং খংহৌবরা ?
নহাক্‌ন হাইরীব লাইরীক্ অদু ঐন সোইদন পীগনী।

## (২) মীঙ্‌থোন্‌গী থবক্ তৌব (Adjective Clause) :

মখাপোন্‌ব ৱারেঙ্ অদুন করীগুম্‌ব মীঙ্‌তাক্ অমগী মীংথোল্‌গী থবক্ তৌরবদী মদুবু মীঙ্‌থোল্ তাক্‌পগী থবক্ তৌব হাইন খংনৈ।

**মদুদী :-** নহাক্‌ন ফজে হাইব ফী অদু পাম্‌মই।
থবক্‌কী মরম্‌দ ফজন খংলব মী অমতং পাম্‌মই।
মচীন্ ইকাই কাইরে হাইব হুই অদু লাক্‌লে।

## (৩) থৌওঙ্ তাক্‌পগী থবক্ তৌব (Adverb Clause) :

মখাপোন্‌ব ৱারেঙ্ অদুন করীগুম্‌ব থৌতাক্ অমগী তৌরীব থৌওঙ্ অদু তাক্‌পগী থবক্ তৌববদী মদুবু থৌওঙ্ তাক্‌পগী থবক্ তৌব কৌই।

**মদুদী :-** মহাক্ লাই য়েক্‌প লৈতে হাইরবদী নহাক্ খর তম্‌বীরম্মু।
নংন মসীবু পাম্‌মই হাইরব ফাউবদ ঐ করীসু পাম্‌দে।
মান নংবু নুঙ্‌সীদে হইরবদী ঐ মহাক্‌পু কৌনীঙ্‌দে।

য়াৱা চবুন্ অমদী মখাপোন্‌বা ৱাবেঙ্ অনীমক্‌সী য়াৱা মখল্ খুদীঙ্‌মক্‌কী ওইন লৈব য়াই অদুবু মথক্‌কী অহুম্ অসীন মপুঙ্ ওই অদুন অতৈগী মরম্‌দদী নৈনদরে।

## (অহুম্‌সুব তাঙ্‌কক্‌)

# ৱাহৈ কোলোই থীলেল্‌ (Syntex) :

য়াৱা ময়াম্‌ পরেঙ্‌ লেঙসীন্‌দুন ৱাহন্‌থোক্‌ মপুঙ্‌ ফাহল্‌লগা ৱাহৈ পরেঙ্‌ সেম্‌ই। ৱাহৈ পরেঙ্‌ সেম্‌বগী মবম্‌দ নৈনব থীলেল্‌ অদুবু ৱাহৈ কোলোই থীলেল্‌, কৌই।

## ৱাহৈ পরেঙ (Sentence) :

ৱাহৈ : ৱা = য়াৱা, হৈ = ৱাদুগী মহৈ, হাইবদী ৱাহন্‌ মপুঙ্‌ ফারব হাইবনী। ৱাহন্‌ মপুঙ্‌ ফারবদী অদুবু ৱাহৈ পরেঙ্‌ কৌই।

ৱাহৈ পরেঙ্‌ (Sentence) : য়াৱাসীঙ্‌ অদু পরেঙ্‌ লেঙ্‌সীন্‌বদ মপুঙ্‌ ফাব ৱাহন্‌থোক্‌ লৈরবদী মদুবু ৱাহৈ পবেঙ্‌ কৌই। ৱাহন্‌থোক্‌ মপুঙ্‌ ফাদরবদী ৱাহৈ পরেঙ্‌ কৌদে।

| | | | |
|---|---|---|---|
| **মদুদী : -** | (১) চাউব চাক্‌ চাই। | (ৱাহন্‌ মপুঙ্‌ ফাই) | ৱাহৈ পরেঙ্‌ অমনী। |
| | (২) চাউব চাক্‌ য়াম্‌ন হাউন | (ৱাহন্‌ মপুঙ্‌ ফাদে) | ৱাহৈ পরেঙ্‌ অম ওইদে। |
| | (৩) তোম্‌ব নোক্‌ই। | (ৱাহন্‌ মপুঙ্‌ ফাই) | ৱাহৈ পরেঙ্‌ অমনী। |

অসুম্‌ন তেন্‌ব সাঙ্‌বদ চত্‌তে ৱাহন্‌বু মপুঙ্‌ ফারবদী ৱাহৈ পরেঙ্‌, অম কৌরে, ফন সাঙ্‌দুনসু ৱাহন্‌বু মপুঙ্‌ ফাদরবদী ৱাহৈ পরেঙ্‌ ওইদে।

ৱাহৈ পরেঙ্‌ অমদ য়াম্‌দরবদ থৌবু (Subject) অম অদুগ থৌপাঙ্‌ (Predicate) হাইব অমগ অনী লৈতব য়াদে। থৌপাঙ্‌ হাইবসীদ য়াম্‌দরবদ থৌতাক্‌ (Verb) অমদী য়াউদব য়াদে।

**মদুদী :-**

<u>থৌবু</u> = <u>Subject</u> <u>থৌপাঙ্‌</u> = <u>Predicate</u>

| + | থৌবু | + | থৌ | + | থৌতাক্‌ |
|---|---|---|---|---|---|
| + | ইবোহল্‌ | | + | | চত্‌লী। |
| + | য়াইম | + | কবোক্‌ | + | চারী। |
| | ঐগী ইনাউনুপা য়াইম | থুম্‌লব | কবোক্‌ | হাউন | চারী। |
| | ফজরবা লৈ অম | অৱাঙ্‌গী | লৈকোন্‌দ | তঙাঙ্‌ তঙাঙ্‌ | সাত্‌লী। |

## ৱাহৈ পরেঙ্গী মথং মনাউ (Sequence of Sentence) :

| (১) থৌবু = Subject | (২) থৌ = Object | (৩) থৌতাক্ = Verb |
|---|---|---|
| থৌবু + থৌ + থৌতাক্ | পীক্লবদ | থৌবু + থৌতাক্ |

অসুম্ন মকোক্ত থৌবু, ময়াইদ থৌ, অরোইবদ থৌতাক্ লৈগনী। চাউথোক্হনগে হাইরবসু মনাক্ মনাক্ত চাউথোক্হন্ব য়াবা হাপ্চীনদুন সেম্ই, অদুগ পীক্থহন্গে হাইরবসু থৌবু + থৌতাক্ অনীত লৈব য়াই। তারবদ থৌবু অমদী থৌতাক্ অনী অসীদগী তাথবদী য়াদে। মীতৈলোন্গী ৱারেঙ্গী ৱাহৈ পবেঙ্ খুদীঙ্মক্ত থৌতাক্ অদুন অরোইবদ ইগনী।

## ৱাহৈ পরেঙ্গী মখল্ (Kind of Sentence) :




## (গ) অচম্ব ৱাহৈ পরেঙ্গী মখল্ (Kind of Simple Sentence) :



## মথক্কী অসী সন্দোক্ন নৈনব :

**(ক) অশৌব মীত্য়েঙ্দ ৱাহৈ পরেঙ্ অসী কাঙ্লুপ্ অনী থোক্ই :**

(১) **অওইব হাইব ৱাহৈ পরেঙ্ :** ইচম্ চম্ন ওইদুন চুমদুন লৈজবা অওইব অমগী মরমদ হাইব ৱাহৈ পরেঙ্ অদু অওইব হাইব ৱাহৈ পরেঙ্ কৌই।
**মদুদী :-** চাউব চাক্ চাই। নুমীত্ন নোঙ্পোক্তগী থোক্ই।

(২) **নত্ত ওইদব হাইব ৱাহৈ পরেঙ্ :** করীগুম্ব নত্তব ওইদব অমগী মরম্দ হাইব ৱাহৈ পবেঙ্ অদুবু নত্ত ওইদব ৱাহৈ পরেঙ্ কৌই।
**মদুদী :-** তুরেল্না হংগত্ন চেন্দে। নুমীত্ নোঙ্চুপ্লোম্দগী থোরক্তে।

**(খ) ফীবম্গী মতুঙ্ ইন্ন ৱাহৈ পরেঙ্গী মখল্ অহুম্ সুই :**

(১) **অচম্ব ৱাহৈ পরেঙ্ :** করীগুম্ব তাইসীন্নব য়েত্সীন্নব য়াউদব ইচম্ চম্ব ৱাহৈ পবেঙ্ অদুবু অচম্ব ৱাহৈ পরেঙ্ কৌই।
**মদুদী :-** থোইব অফব অঙাঙনী। মহাক অচম্ব মী নত্তে।

(২) **তাইসীন্নব ৱাহৈ পরেঙ্ :** করীগুম্ব ৱাহৈ পরেঙ্ অনী নত্তরগ অনীদগী হেন্ববু ৱাপুন্ অমন তাইসীন্দুন অচৌবা ৱাহৈ পরেঙ অম সেম্ব অদুবু তাইসীননব ৱাহৈ পরেঙ কৌই।
**মদুদী :-** অহান্ব কাঙবু লোইরে অদুগ অকোন্ব কাঙবু চাগদবগী থৌরাঙ্ তৌরী।

(৩) **য়েত্সীন্নব ৱাহৈ পরেঙ্ :** করীগুম্ব মখাপোন্ব ৱারেঙ্ অমগা অতোপ্প অম নত্তরগ অমদগী হেন্ব তেঙ্বাঙ্ব ৱারেঙ্গ য়েত্সীন্দুন মসা অমত্ত ওইব অসাঙ্ব ৱাহৈ পরেঙ্ অম সেম্লবদী অদুবু য়েত্সীন্নব ৱাহৈ পরেঙ্ কৌই।
**মদুদী :-** তোম্ব চাক্ চারগ ইস্কুল্ (স্কুল) কাখীবনী হাইবসী ঐ ফজন খংই।

**(গ) অচম্ব ৱারেঙ্ অসী-মখল মরী সুই।**

(১) অচম্ব ৱরেঙ্ অমনা চম্ন ফোঙদোক্পা।
**মদুদী :-** কালেল্ থাদ য়াম্ন সাই।

(২) করীগুম্ব ৱাহং অম হংব ৱাহৈ পরেঙ্
**মদুদী :-** নহাক্ কদাইদ চত্লীবনো ?

(৩) করীগুম্ব অম থৌদাব ৱাহৈ পরেঙ্
**মদুদী :-** নহাক্ লাইরীক্ কন্ন পাউ।

(৪) করীগুম্ব খংব লাউব ৱাহৈ পরেঙ্
**মদুদী :-** এ! করীনো তৌরীসীদী !

## ৱারেঙগী ৱাঙাঙ্ (Voice) :

করীগুম্ব য়াৱা খর পরেঙ্ লেঙ্সীন্বদ ৱাহৈ মপুঙ্ ফারবদী মদুবু ৱাহৈ পরেঙ্ কৌই হাইখরে। ৱারেঙ্গী ৱাঙাঙ্ হাইবসীসু অদুগুম্ব ৱাহৈ পরেঙ ঙাক্তনী। হাইরীব ৱাহৈ পরেঙ্ অদুগী ৱাঙাঙ্ অদু থৌবু অদুন মরু ওইন পাঙথোকই, থৌ অদুন মরুওইন পাঙ্থোক্ই নত্তরগ থৌতাক্ অদুন মরুওইন পাঙ্থোক্ই হাইব খংনব ৱারেঙ্ অদুবু ৱারেঙ্গী ৱাঙাঙ্ কৌই।

## ৱারেঙ্গী ৱাঙাঙ্গী মখল্ :

| (১) | (২) | (৩) |
|---|---|---|
| থৌবুন মরু ওইব ৱাঙাঙ্ | থৌন মরুওইব ৱাঙাঙ্ | থৌতাক্ন মরুওইব ৱাঙাঙ্ |
| (Active Voice) | (Passive Voice) | (Quasi Passive Voice) |
| অঙাঙ্ন সংগোম্ হৈদোক্লে | সংগোম্ হৈদোক্লে | (Impersona Voice) |
| | | হৈদোক্লে হৈদোক্লে (সংগোমদো) |

## (১) থৌবুন মরু ওইব ৱাঙাঙ্ (Active Voice) :

করীগুম্ব ৱারেঙ্ (ৱাহৈ পরেঙ্) অমগী ফেংঙদোক্প ৱাঙাঙ্ অদু থৌবু অদুন মরু ওইরবদী মদুবু থৌবুন মরু ওইব ৱাঙাঙ্ Active Voice কৌই।

**মদুদী :-** পুলীসন্ হুরান্বা ফারে। ওঝান পরীখাগী ফল্ লাউথোক্ই।
ঐন থা উই। ইনাউ সংগোম্ থক্ই।
ঐ চাক্ য়াম্ন লাম্লে।

## (২) থৌন মরুওইব ৱাঙাঙ্ (Passive Voice) :

কবিগুম্ব ৱাঙাঙ্ অমগী ফোঙ্দোক্লীব ৱাঙাঙ্ অদু থৌ অদুন মরুওইন, মপুঙ্, ওইন ফোঙ্দোক্লবদী মদুবু থৌন মরুওইব ৱাঙাঙ্ Passive Voice কৌই।

**মদুদী :-** হুরান্ব ফাবে। হুবান্বদুনী পুলীসন্ ফারীবদো।
চাঙ্য়েঙ্গী পাউ লাউথোক্লে। চাঙয়েঙ্গী পাউদুনী লাউথোক্লীবসে।
থা উই। থা অদুনী ঐন উরীব।
সংগোম্ থক্ই। সংগোম্দুনী থক্লীবসে।
চাক্ য়াম্ন লাম্লে। চাক্তুনী য়াম্ন লাম্লীবসে।

## (৩) থৌতাক্ন মরুওইব ৱাঙাঙ্ (Quasi passive voice) :

করীগুম্ব ৱারেঙ্ অমগী ফোঙ্দোক্লীব ৱাঙাঙ্ অদু থৌতাক্ অদুন মকওইন ফোঙ্দোক্লবদী মদুবু থৌতাক্ন মরু ওইব ৱাঙাঙ্ কৌই।

**মদুদী :-** ফারে ফারে (হুবান্বদো)। ঙাইখো ঙাইহাকৃত ঙাইখো।
ফুদতুতুন তোক্লবনী। হৈদোক্কনীকো ' হৈদোক্লবনী পুবীবদো।
**খংলে খংলে, ৱাখন্ তারে।**

থৌবু অদুন মপুঙ্ ওইগদব মতাঙ্দ থৌবুন মকওইব ৱাবেঙ্ সীজীন্নগনী, থৌ অদুন মপুঙ্ ওইবব থৌন্ অদু পন্দরব ফাউব য়ারব মতাঙ্ লাক্পদ থৌন মকওইব ৱাঙাঙ্ সীজীননৈ, অদুগ তৌবীব, ওইবীব অদুন মপুঙ্ লেপ্লব থৌবু অদু নাকোইনন লৈখবব থৌ, যাউদব মতাঙ্ লাক্পদ থৌতাক্ন মকওইব ৱাঙাঙ্ সীজীননৈ। চন্নফম্ লৈতবদ ওনথোক্ ওনসীন তৌদুন লোন্ সেম্লবদী লোন্দা অদু ফজহন্দে, মবম্ অসীন মসা মসাগী মাতাঙ্, লাক্প লাক্পদ থৌবুন মপুঙ্ ওইবে, থৌন ওইবে নত্তবগ থৌতাক্ অদুনবু মপুঙ ওইবে হাইবদু সীজীন্নগনী।

## পাউদম্ব ৱারেঙ্ (Direct and Indirect Speech) :

মীন হাইবক্প ৱাপাউ অদুবু অতোপ্প অমদ পাউদম্বগী ৱাবেঙ্ অদুবু পাউদম্ব ৱাবেঙ্ কৌই।

**মদুদী :** (১) **চুম্দরীঙ্ হাইদুন পাউদম্ব :** চাউবন 'ঐ চত্কনী' হাইবম্ই।
(২) **কোইন হাইদুন পাউদম্ব :** চাউবন মহাক্ চত্কনী হাইন হাইবম্ই।

## পাউদম্ব ৱারেঙ্গী মখল্ (Direct & Indirect Speech) :




## (১) চুম্দরীঙ্ পাউদম্ব (Direct Speech) :

কনাগুম্ব মী অমনা হাইবক্প ৱাপাউ অদু ইকাই কাইদন চুম্দরীঙ্ পাউ তম্ববু চুম্দবীঙ্ পাউদম্ব কৌই।

**মদুদী :-** চাউবন 'ঐ ইস্কুল চত্কনী' হাইরম্ই। ইবোহল্ন 'ঐগী চাঙ্যেঙ কুইদবে' হাইবম্ই।
তোম্বন থোইবদ 'নং চত্লো' হাইরম্ই। ওঝান ঐঙোন্দ 'নংগী নমীঙ্ করী কৌই' হংই।
থোইবন 'ঐহাক্ ইবুক ফৈ' হাইরম্ই।

## (২) কোইন পাউদম্ব (Indirect Speech) :

কনাগুম্ব মী অমনা হাইরক্প ৱাপাউ অদু কোইথোক্ন পাউ তম্ববু কোইন পাউদম্ব ৱারেঙ্ কৌই।

**মদুদী :-** চাউবন মহাক্ ইস্কুল চত্কনী হাইন হাইরম্ই।
ইবোহল্ন মহাক্কী চাঙ্য়েঙ্ (পরীখা) কুইদরে হাইন হাইরম্ই।
তোম্বন থোইবদ মহাক্ চত্লো হাইন হাইরম্ই।
ওঝান ঐঙোন্দ ঐগী ইমীঙ করী কৌই হাইন হংই।
থোইবন মহাক্ মবুক ফৈ হাইন হাইরম্ই।

ৱারেঙ্ ওইন ইবদ মীতৈলোন্গী থৌতাক্ (Verb) অসী ৱাহৈপরেঙ্গী অরোইবা মমৈদ থম্ই ইংগরেজীগী মতৌ তম্দুন চাউবন হাই "ঐ ইস্কুল চত্কনী" হাইন ইরগ কোইন পাউদম্ব ৱারেঙ্দ চাউবন হাই মদুদী 'মহাক্ ইস্কুল চত্কনী' হাইদুন ইব লাল্লী, মথক্কী অসুম্ন ইগনী।

কোইন পাউদম্বদ ওন্থোকপদ চুম্দরীঙ, পাউদম্লীব মীঙ্হত্ অদুগী মীহুত্ (Person) অদু ঐহাকপুনী, মহাক্পুনী নত্তরগ মখোইবুনী হাইব অদু মুন্ন খংব তাই, মদু হেক, ওন্নখীবদ ওন্ন তৈনব লান্ন চত্খী।

## ৱাহৈ পরেঙ্গী ৱাহন্লোন্ (Meaning of Sentence) :




## (১) মসান তাজব ৱাহন্ (Simple Meaning) :

ৱাহৈ পরেঙ্ অমুগী ৱাহন্থোক অদু ইচম্ চম্ন মসাগী হাইরীব অদুদ অদুম্ ৱাহন্ তাজব (অতোপ্প ৱাহন্ লৈতব) অদুবু মসান তাজব ৱাহন্ কৌই।

**মদুদী :-** ঐ চত্লী। ইমা কৈথেল্ কাই।
থোইব চত্খীবদু ঐ উহৌই। মহাক্ য়াম্ন ফৈ।
চাউব য়ৌরক্পদ তোম্বদী চত্খীরম্লে।

## (২) ৱাহন্‌ মান্‌নব (Synonyms of Sentence) :

করীগুম্ব ৱাহৈ পরেঙ্‌ অনীগী পরেঙ্‌ লেঙসীন্‌নবগী ৱারেঙ্‌ অদু মান্‌নদব অদুগ মান্‌নদব ৱারেঙ্‌ অনী অদুগী ৱাহন্‌থোক্‌তী মান্‌নব অদুবু ৱাহন্‌ মান্‌নবা কৌই।

**মদুদী :-**

মহাক্‌ য়াম্‌নদী লাইরৈ অদুবু মবুক্‌চেল্‌দী সেঙ্‌ই। মহাক্‌ য়াম্‌ন লাইরব পুক্‌চেল্‌ সেঙ্‌ব অমনী।
থবক্‌ কন্‌ন নোম্‌মু নত্‌তরবদী পৈশা ফংলোই। থবক্‌ কন্‌ন নোম্‌দরবদী পৈশা ফংলোই।
চাউব য়াম্‌ন কন্‌দব নত্‌তে। চাউব য়াম্‌ন কল্‌লী।
মরৈবাক্‌পু নুঙ্‌সীদব কনা লৈবগে ? মী খুদীঙ্‌মক মরৈবাক্‌পু নুঙ্‌সী।

## (৩) তোঙান্‌ব ৱাহন্‌ লৈব (Difference Between Sentences) :

ৱাহৈ পরেঙ্‌ মসা অমত্‌তন তোঙান্‌ তোঙান্‌ব ৱাহন্‌থোক্‌ লৈব অদুবু তোঙান্‌ব ৱাহন্‌ লৈব ৱাহৈ পরেঙ্‌ কৌই। মসীমক্‌তী খোন্‌থোক্‌ অয়াঙবদা হাইরগ ৱাহন্‌থোক্‌ অম লৈব অদুগ খোনথোক্‌ লুম্‌থন হাইররগ ৱাহন্‌থোক্‌ অতোপ্‌প অম লৈবনী।

**মদুদী :-**

তল্‌ য়াম্‌ন হৌই। (অয়াঙ্‌ব) মসীঙ্‌ য়াম্‌ন, তল্‌ য়া.ম্‌ন হৌই। (অরুম্‌ব) আতাগী য়া.ম্‌ন,
নহাক্‌ অসী খন্‌জীললু। (অয়াঙ্‌ব) উদনব খনজীন্‌ব, নহাক্‌ অসী খ.ন্‌জীললু। (অরুম্‌ব) খ.ন্‌গতলু,
মফম্‌ অসীদ কৈ অম লৈ। (অয়াঙ্‌ব) কৈ কৌব সা, মফম্‌ অসীদ কৈ. অমা লৈ। (অরুম্‌ব) ফৌ চেঙ্‌ থম্‌নব কৈ.।

## (৪) অতোপ্‌প ৱাহন্‌ লৈব (Ironical Meaning) :

ৱাহৈ পরেঙ্‌ অদুদ হাইবন অম হাইরগ মদুগী ৱাহন্‌থোক্‌ন অতোপ্‌প অমবু খংহন্‌ব অদুবু অতোপ্‌প ৱাহন্‌ লৈব কৌই।

**মদুদী :-** ইবুঙ্‌ঙো চাঙ্‌য়েঙ্‌দী হয়েঙ্‌নী, লাইরীক্‌তী পারুনু।
(চাঙ্‌য়েঙ্‌ হয়েঙ্‌নী লাইরিক্‌ পাউ হাইবগী ৱাহন্‌নী)
চাক্‌তু সংবাই সংবাই চাউ থবক্‌তী তৌরুনু
(চাক্‌ চাবগী মতীক্‌ থবক্‌ তৌ হাইবনী।)
মহাক্‌ তীন্‌সীন্‌বদী হৈ, খাইদোক্‌পদী হৈতে।
(লৌসীন্‌বদী পাম্‌ই পীথোক্‌নীঙ্‌দে হাইবনী।)

## য়াৱা মসক্ তাক্‌প (Parsing) :

ৱাহৈ পরেঙ্ অমদ য়াউরীব য়াৱাসীঙ্ অদুগী মসক্ মওঙ্ লৈনরীব মরী অমদী সীজীন্‌নফম্ নচীঙ্‌ব তাক্‌প অদুবু ৱাহৈ মসক্ তাক্‌প কৌই। মদুদী : -

(ক) চাউব চাক্, চাই।

চাউব - চাউব হাইব য়াৱাসী মীঙ্‌তাক্‌নী পা খঙ্‌নবনী, মসীঙ্ অম খঙ্‌নবনী, থৌবুনী, চাই হাইব থৌতাক্ অসীগী থৌবুনী।

চাক্ - মসী মীঙ্‌তাক্‌নী কাঙ্‌লুপ খংনব মীঙ্‌তাক্‌নী পা-গী খাইদব থৌনী অম খংনবনী, থৌ ওইব য়াৱানী, চাই হাইব থৌতাক্, অসীগী থৌনী।

চাই - থৌতাক্‌নী, থৌ য়াউব থৌতাক্‌নী চম্‌ন ওইরীব থৌতাক্‌নী, চাউব হাইব থৌবু অসীগী থৌতাক্‌নী।

(খ) কল্‌লব চাউবন ঙৌরব চাক্ হাউন চাই।

কল্‌লব - মসী মীঙথোল্‌নী চাউব হাইব থৌবু ওইরীব মীঙ্‌তাক্ অসীগী মীঙথোল্ তাক্‌প য়াৱানী।

হাউন - থৌওঙ, তাক্‌প য়াৱানী, ইচম্ চম্‌ব থৌওঙ্ তাক্‌প য়াৱানী, চাই হাইব থৌতাক্ অসীগী চাবগী থৌওঙ্ তাক্‌প য়াৱানী।

(গ) মহাক চাক্ চারে অদুগ মপান থোক্‌খরে।

মহাক্ - মীঙ্‌হুৎ খংনব য়াৱানী, মীহুত, খংনব মীঙ্‌হুত্‌নী, থৌবুনী, তোক্‌খরে হাইব থৌতাক্, অসীগী থৌবুনী।

অদুগ - ৱাপুন্‌নী, মহাক্ চাক্ চারে হাইব ৱাহৈ পরেঙ্ অসীগ মপান্ থোকখরে হাইব ৱাহৈ পরেঙ্ অসীগ অনীবু পুন্‌সীন্‌ব ৱাপুন্ অমনী।

## লেপ্‌তাক্ খুদ্‌ম (Punctuation Marks) :

### লেপ্‌তাক্ খুদম্‌সীঙ্ :

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| * | ১. | চৈখৈ | ॥ | মপুঙ্‌ফান লেপ্‌প খুদম্ |
| | ২. | মচেৎ লেপ্‌প | , | খ্‌ৱাইদগী তেন্‌ন লেপ্‌প খুদম্ |
| | ৩. | তাঙ্‌কক্ মপুঙ্ লেপ্‌প | ; | তংখাই লেপ্‌প খুদম্ |
| | ৪. | তাঙ্‌কক্ মপুঙ্ লেপ্‌প | : | মতম্ খর হেন্‌ন লেপ্‌প |
| | ৫. | তেন্‌সীন্‌ব তাক্‌প | ' | 'মাঙ্‌দ ময়েক্ খর লৈরে তাক্‌প |
| | ৬. | হংব খংনব | ? | হংব খংনব খুদম্ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৭. | অঙক্প খংনব | ! | অঙ্কপ ফোঙ্দোক্প খুদম্ |
| ৮. | ৱাপুন্ খুদম্ | - | তাইসীন্নব ৱাতাইগী খুদম্। |
| ৯. | মরী তাক্প | — | মরী তাক্প খুদম্ |
| ১০. | সন্দোক্প মরী তাক্প | :- | সন্দোক্প তাক্প খুদম্ |
| ১১. | অপান্নব তাক্প | " " | অপান্নন হাইখীব অমবু ঙাক্সীন্ব |
| ১২. | কোত্সীন্ব | ( ) | তোঙান্ন কোত্সীন্দুন থম্ব |
| ১৩. | মান্নব খুদম্ | = | মাঙ্-তুঙ্ অনীদু মান্নরে তাক্প |
| ১৪. | চৈখল্ খুদম্ | / | মরক্ খনদুন থম্ব খুদম্। |

* মথক্কী। (চৈখৈ) অসী মীতৈলোন্গী ওইব ৱাহৈ পরেঙ্ মপুঙ্ ফাব মতম্দ লেপ্নব তাক্প খুদম্নী। ইংগরেজীগী (.) ফুল্সতোপ্, বংগালাগুম্ব লোন্গী পুর্নবীরাম্ (।), মীতৈলোন্গীন (॥) চৈখৈ অসীনী।

অতৈ খুদম্সীঙ্ অসীদী International Symbols ঙাক্তনী। অকক্নবা লোন্ অমত্তগী নত্তে। অদুন কনানসু কনাদগী ৱাইব নত্তে। অদুন মীতৈ লোন্দসু খুদম্সীঙ্ অসী সীজীন্নগনী।

## পান্থৈ পান্দম্ অমসু পান্খৈ পাউরৌ (Idiom and Proverb) :

### ১. পানথৈ পান্দম্ (Idiom) :

করীগুম্ব ৱাহন্থোক্ ফজব য়াৱা চবুন্, অমন নাকোইনন অতোপ্প ৱাফম্ অম পান্দম্ লাক্তুন ৱাহন্ অম ফজন পীব অদুবু পান্থৈ-পান্দম্ লাক্তুন ঙাঙ্ব হাইন খংনৈ।

**মদুদী** :-'খুত্ কন্ব' - হাইবসী খুত্ অদু পাইবদ কন্বগী ৱাফম্ নত্তে সাগৈ চাউবগী ৱাফম্নী।
'কাঙ্খ থাঙ্' - হাইরীবসী কাঙ্থোল্ মখাদা লৈব থাঙ্ হাইব নত্তে সীজীন্নদরব কান্নদরব হাইবনী।

<u>**পান্থৈ পান্দম্ খর :**</u>

| | | |
|---|---|---|
| অকন্বন অচুম্ব সক্প | - | অকন্বন অসোন্বগী ৱা তাবীদব (নম্হত্প) |
| অকুত্পদ লৈতৌব | - | ফত্তবদ হেন্ন ফত্হন্দব |
| অতোঙ্বদ লৈথোন্ব | - | অফবদ হেন্ন ফহন্ব |
| অঙম্ তান্ব | - | ঙম্লরোইদব ফাউবদ তক্সীন্ব |
| অঙাঙ্ ওন্ব | - | হাত্তোক্প |
| অঙাঙ্ উনব | - | অঙাঙ্ পোক্প |
| অঙাঙ্ন মৈ কীদব | - | পোত্কী মতীক্ খংদবন কীদব |

| | | |
|---|---|---|
| অমেত্পদ জাত্ তাব | - | করীসু নত্তবদ ইকাইখুম্নব মাঙ্হন্ব |
| অয়ুক্ত হৌব নোঙ্ | - | মতম্ চাদবন তুঙ্ কোইদব |
| অরৈ অরা চাব | - | মরীন্ থুপ্প, লে-লা লে-লা তৌব |
| ইমু-নাইমু তানব/ই.তানব | - | ফুদত্নব, য়ান্থত্নব |
| কাঙ্লম্ চেন্ব | - | সীন্থোঙ্ খংদব |
| কাঙ্ কোঙ্ চাইব | - | পুম্চাই চাইথোক্প |
| কোক্ত খুত্ হাপ্প | - | উপাই লৈতব |
| খুত্ থাব | - | মথক্ত খত্নব হৌব |
| খুত্ থা.ব/খুত্ তত্প | - | উপাই লৈতদুন তোক্প |
| খুত্ লেঙ্ব | - | পংপাইদ পাইব |
| খুত্ সাঙ্ব | - | হুরান্ব |
| ঙক্ কন্ব/ঙক্ হাইগত্প | - | মী উসীত্তব, সক্ হাইগত্প |
| ঙরাঙ্তগী ঙাখা | - | য়াম্ন নৌরীব |
| ঙাখান ঙারেন্ হৌব | - | মতীক্ মপাচাদবন তৌবদ মওঙ্ তাদব |
| চৈ কাব | - | ফগত্লক্প |
| চৈ চাব | - | চৈফু ফংব |
| জাত্ ওন্ব | - | মসাগী ফুরুপ্তগী জাত্ অতোপ্পদ ওন্ব |
| জাত্ তাব | - | সাগৈদগী ইথোক্পা |
| মাই কন্ব/মাই থাব | - | ইকাই খংদব |
| মাই থক্প | - | ফীঙ্ব |
| মীত্ য়াম্ব | - | নুপী অউ অউ পাম্ব |
| মীত্ করাম্ব | - | ঙম্বগী চাঙদগী হেন্ন পাম্ব |
| লৈদ তু হৌব | - | মতম্ কুইন চা থক্তরব |
| সান সোক্প | - | সান চীক্প |

## ২. পান্থৈ পাউরৌ (Proverb) :

করীগুম্ব য়াব্রা চবুন্ নত্তরগ ৱাহৈ পরেঙ্ অমন হাইবন অম হাইরগ মাগী ৱাহন্থোক্ অদুন তোঙান্ব অমবু খংনব ফজবা পাউতাক্ অমগুম্ ফোঙদোকপ অদুবু পানথৈ পাউরৌ হাইন খংনৈ।

**মদুদী :-** 'অহন্গী মথীন চফু মেল্লী' - হাইবসী চফু অকাইবদ অহন্গী মথীদুন মেনবগী ৱাফম্ নত্তে অহন্ন হাইব ইন্বন অফবনী (অকাইব অহোব লৈতে) হাইবনী।

**পান্থে পাউরৌ খর :**

অঙাঙ্দী নীঙ্থাদ খংই - পীক্লীঙৈগী মওঙ্ য়েঙ্লগ তুঙ্গী খংব
অঙাঙ্ন মৈ থাব চাক্তবরা - ফত্তববু তৌরবদী অঙাঙ্ অহল্ খাইদে মহে অদুম্ ফত্তে
অচাক্প মৈদ ইকং লংসীন্ব - অসাউবদু হেন্গত্হন্ব
অনম্ কল্লগা মাইবী চংই - য়াদরবসু হন্ন হন্ন হোত্নরবদী য়াই
ইখুত্ লান্থোক্লগা মীখুত্ লান্থোক্ই - অফবা তৌরবদী অফবা মহে ফংই
ইসান থাক্চব লাঙ্দ ইসা থুজব - ইসান ফত্তব তৌজবগী মহে ইসান ফংজব
ইসীঙ্ মনুঙ্দ ঙান মথী ফাইব উব - য়াম্ন সীঙ্ব
কপ্পগ নোক্পগ মচীন্ মনাউনী - অমুক্ ৱাব অমুক্ নুঙাইব হৌনসানী
কলক্ মাঙ্দ চাঙ্ তাব - য়েক্নবগী মমাঙ্দ ইকাইব নংব
কৈ মচা য়োক্লগা চাউরগ মপু চাগে তৌব - সেম্বীবক্পবু হাত্কে তৌব
কৈ কীদুন চেল্লগ সওম্ ওক্নব - খর ফগদর তৌরগ হেন্ন ফত্তব
কৈ লৈব মফম্দ নুমীত্ তাব - খুদোঙ্থীব মফম্দ থুঙ্লুব
কৈগী মপান্ নাপীন তাঙ্,
নাপীগী মপান্ কৈন তাঙ্ - অমন অমগী মতেঙ্ ওইনব
কৈন তোক্প পোক্প হৌনবরা - মান্নবনা মান্নব মচা পোক্ই
কৈসু কীব মথীসু কীব মহৈদী ফংনীঙ্ব থবক্ তৌবদী কীব
কোবফু য়োল্ওগ তুম্বা লেপ্প - অফববু মাঙ্হল্লগ ফত্তববু থম্নব হোত্নব
খাঙ্ব কল্লগ ফমেন্ ফম্ই - অৱা অনা খাঙ্লবদী অফব ফংই
খুজাই মপু ফাদোপ্ তাব - অরান্বনা ওন্খত্লক্তুন অৱাব নংব
খুনু খোঙ্বগুম্ পান্ব - কনালৈজদরবগুম্ পান্ব
খুনুন মথোঙ্দ কন্ব - ময়ুম্দ কন্ব
খুবাক্ ময়ীদগী হৌব - করীসু লৈতবদগী হৌব
খুজীন্দ তুম্ য়ুব/কাঙ্খদ লীন্ চংব - য়াম্ন নুঙাইতব, পুক্নীঙ চীঙ্নহন্ব
খুবক্কী ইন লাই শাব - মসাগী মীন ফত্তনব তৌব
খোই মহুম্দ চৈন থীন্ব - মহু চাউবদা খত্নব হৌব
খোঙ চোত্লগ চীন চোতলী - নোম্জব্গী মহে ফংব
ঙাপরুম্ মমৈদ খুজিন্ন সীক্প - য়াবরোইদব মতম্দ কন্নব হোত্নব
চফু কাইরগা ক্ৱাক্ন হরাউই - ইমুঙ মনুঙ কাইনরগা মীতোপ্ন হরাউই
চফুদী মী মুততে উযানদী মী মুতলী - য়েন্সাঙ্ হাউন চাগন্ব মীদী লাইর নংই।
চনীঙ্ য়েঙ্দুন চখোম্ তান্সীল্লু - তুঙ্গী মওঙ্ য়েঙ্লগ থবক্ তৌ
চেঙ্ পূরগ চেঙ্ সীঙ্ ফৌ পুরগা ফৌ সীঙ্ - তৌরুব থবক্কী চানব লমন্ সীঙ্ব
চেঙ্পোত্ত মাইরেন্ তোপ্প - নাতৈ চানদব, মপা চানদব
তরঙ্দ য়ুম্সাব লৈনাঙ্ন পন্তীঙ্ব - থবক্ তৌবদা চেক্সীন্দব
তীঙ্খং অম য়ুরবদী তীঙ্খং অমন হন্দোকই - মপা চানবন থবক ঙমই
নুঙসীত্ সীত্তন উনা লেঙ্ব হৌনবরা - মরম্ লৈদুন মীন ঙাঙ্নবনী
ৱাতোন্ন ৱাঙ্লবদী ক্ৱাক্ন ফম্দেক্ই - নাপ্ল কারবদী অঙম্ব অমন নম্থে
হৌদোঙ্ ফদী য়োঙ্ সেবা - মতাত্ তৌব, মওঙ্ তাদব
হৌদোঙ্ তুমীন্ লৈবন চফু ঙম্ই - তুমীন্ লৈসীন্নরগ খুদোঙ্চাব লৌব।

........

